কোরৌথক্তা -

নিংথৌজম ইলাই

কাথা লোইশংবগী মফমদা

# INTRODUCTION

The biggest single instance of the stability of original culture of the Meitei as a settler of the hills is demonstrated by what is known as the Kwatha people. In this small booklet Mayanglambam Gourachandra, founder, Peoples' Museum, Kakching briefly attempts to identify the cultural features of the Meitei hill village of Kwatha, a small outpost of early Meitei in the sub-Himalayan regions in the eastern boundary of Manipur. Believed to be a colony of settlers sent from the plains of the valley during the reign of Kyamba (1467-1508 A.D.), this small hill village with some 29 houses, 6 lineages and some 200 people stand out as unique socio-anthropological museum for the study of early Meitei culture.

The very fact of the isolation of this area from the plains of Imphal lent a distinctive mark to the particularisation of the cultural geography of the region, as having contributed to the development of its Hill Meitei characteristics. Though the particular rites, rituals and socio-economic features were not very different from those of the plains before the advent of the Hinduism in the valley, the very geo-physical structures of the settlement, the

environment of flora and fauna of the eastern Himalayas, the possible human interaction with other early ethnic communities like the Marings, Kabaw-Shan and Chothe tribes etc. gave the Kwatha people a dsitinctive character of ritual life and survival economy different from that of the plains. Though the Meitei as a whole in the valley had undergone tremendous changes in its cultural features because of changes in production methods and subsistence patterns, the Kwatha Meitei still retained the traditional slash and burn methods of cultivation because of the very hilly nature of the terrain, and the collective life as envisaged by the shifting patterns of living ensured an almost insular social structure deeply dependent on kin and blood relationship. Though the climate is regarded as salubrious and congenial, the presence of natural hazards of forest infected malarial ailments led to the demographic imbalance in the small society of the Kwatha Meitei. The very fact that only about two hundred people constitute the demographic structure of the hill settlement is ample testimony to the unchanging patterns of life in this remote Meitei

village, some one hundred and twenty kms south east of Imphal, towards Moreh. The absolute isolation, the very pleasantness of self-sustained life, the non-anxiety in the peoples attitudes, gave them a pride and a dignity, which they express in their self-assured ethnonym of Kwatha Sana Leibak,-Kwatha The Golden Country.

The unchanging patterns in the ritual life is depicted with clinical efficiency by this small booklet. Right from the birth of a child before he grows into an effective member of the community, and the intricacies of the social structure in its relationships or webs of line-age and kin responsibilities, to the complex mortuary rites, and the other rites of intensification of the supernatural elements in their inter-action with men are described with careful attention to detail. What is being communicated to the reader is a description of the ritual life of hill Meitei. which if properly investigated would highlight some very exciting ethnography of Pre-Hindu Meitei life The essence of Hill life as lived by the community as believed to be used to the plains give a powerful reminder to the rest of the

world the early original features of Meitei ethnic character and their supposed communal origins from the hills. The study of Kwatha therefore opens out distinct possibilities for investigation into a proper visage of the true anthropology of the Meitei.

Unfortunately, the issues of contemporary life as faced by the Kwatha people are no longer ideal. The process of modernisation, the advent of pressures faced by marginal, peripheral communities are no exception to the Kwatha people. There is not much of interest in the life of these isolated hamlets except by unknown students of Universities and Museum enthusiasts. Yet certain forces of subtle change, may be not for better, but for worse may affect the life of those demographic islands. A marginal people perhaps may not be reserved for anthropological interests alone. The people of Manipur are yet to make-up their minds to what is happening in a small border village, a living replica of their own life, some 500 years ago.

Imphal

Dated 9/4/95 Lokendra Arambam

# ক্বাথা

## ৱাহৈ খরদং

থাইনগী অরিবা মৈতৈ কাংলুপ অমনি হায়না হায়নরিবা ক্বাথা থুংগী মরমদা পিপল্স’ ম্যুজিয়ম, ককচিংনা লাইরিক ফোঙবগী থবক লেপ্লা লৈন্ত্রি। লোয়ননা মনিপুরগী অখণ্ড—অহৈ কয়ামুকনসু ক্বাথা খুন্দা মায় পননশিন্নরকলি। চীংদা তোংবা ক্বাথা, অরিবা মৈতৈগী মরমদা লৈনখ্রা নত্তনা তম্পাক্তা লৈ- রিবা মৈতৈশিং অসিগী মরমদসু লৈনবা তঙাই ফদে। তৌজিক খ্বাইদগী লুরিবদি ‘মৈতৈ’ হায়বা জাতি অসি করমনা ওইরক- খিবগে হায়বা অতু থিবা তাররকই। মরম অসিনা থমখরিবা ৱাল্লেং অসিদা ‘মৈতৈ’ হায়বা ৱাহৈ/কাংলুপ/জাতি অসিগী হৌরকফম থিকম ওইরিবা মনিপুরী মৈতৈগী মরমদা খরদং পনজরি।

মনিপুরদা শম্লাই তরেংকী মৈতৈশিং অসিনা করম্বা মতম- দগী লমদম অসিদা খুন্দাক্লনা লৈরকখিবগে হায়বা অসি হংজিনবদা ৱানা থোকলি। “পৃথিবীদা লৈরিবা তোঙান তো- ঙানবা জাতিশিংগী ইতিহাস লৈনবগুম ঐখোয় মৈতৈশিংগী ইতিহাসসু লৈজে হায়বা অসিগী ৱাফমদা ‘চৈথারোল কুম্বাবা’ অমদি য়েক শাগৈশিংগী পারি-পুরি ইবা মৈহৌরোল, লাংথবাল

সোল, চেকখোঙ, নোংগ্রঙ, ইরাংলোল, শঙ্গাই ফম্মাং, চেংলৈরোলনচিংবা অরিবা লাইরিকশিংনা ইতিহাসকী থোদাং চাউনা লৌরি” — ওয়নাম ভোগেশ্বর সিংহ, বাখল, ২৮/২৯ শুবা মশীং সেঃ— ১৯৭৭ অহুগা অমুক অখণ্ড অহৈশিংগী মত মতুংইন্না পাখংবগী মতমদগী (33 A.D.) হৌরগা মনিপুরগী ইতিহাস অসি শরুক অহুম থোকনা খাইদোকই। মহুদি — (১) Ancient (২) Midiaval অমসুং (৩) Modern অসিনি। ওয়নাম ভোগেশ্বরগী মত মতুংইন্না মনিপুর ইতিহাস অসিদা Mythology গী মতম অমা হাপশিল্লি। হায়রিবা Mythology গা মতম অসি Pre-Historic কী মতমদগী হৌরগা খৃষ্টগী মতুং 400 A.D. ফাওবনি হায়না লৌরি। লোয়ননা পাখংবগা মতম 33 A. D. দগী হৌরগা নিংথৌরোল ৭ ফাওবদি লাইগী মতমনি হায়না পীরি। মসিগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না য়াওই — “মখোই লাই ওইএ। মখোই তৌরেং অসি মাওখিবা শিখিবা মফম খঙদে” — (চৈথাঃ কুঃ লাঃ ২) মরম অসিনা মৈতৈশিং অসি করম্বা মতমদগী খুন্দা লৈতাহনা লৈরকখিবগে হায়বা অসি য়াম্না চমম্না লৈরি। অহুগা অঙনবা মতমগী পুয়াশিং অসিদি অয়াম্বনা Mythology অমসুং Legendary গী লাইরিক ওক্তা ওইনা তৌই। মরম অসিনা পণ্ডিতশিং অমসুং স্কোলারশিংনা পুয়া পারগা মনিপুর ইতিহাসকী লৌখুন লৌবদা অমুকপা জঙ্গলদা চঙগা লম্বী মাওখিবগী মতৌগুম থোকলি।

পাখংবনা ফম্বাল তোংগ্রিভৈগী মমাংদা মৈতৈশিং অসি চাওখৎপগী মঙাল ফংলে লোয়ননা খুন্দা লৈতাহনা লৈরমলে হায়বা অসি নৌনা থিজিল হুমজিল্লুবগী মতুংইন্না খঙবা ঙমলে। অতুবু ইতিহাসকী মীৎয়েংদদি মখোয় অসি মুঙগী যুগকী মীনি

হায়না লৌই। অসিগুম্বা মুঙগী যুগকী মীওইশিং অসিবু O. K. Singh না মহাক্কী archaeological findings কয়াম্তুগী বুপ্পা নৈনরবা মতুংদা অস্থুম্না শরুক অহুম থোক্না খাইদোকলি। মহৃদি — 1. Palaeolithic, 2. Hao-binhian অমস্থুং 3. Neolithic. ৱাফম অসিগী মতাংদা — "The review of the research done so far reveals that the stone age of Manipur can be divided into three cultural sequences as Palaeolithic, Haobinhian and Neolithic.

The Palaeolithic is represented by the materials from Songbu cave, Khangkhui cave and open air sites of Singtom, Machi and Nongpok Keithenmanbi localities The Haobinhian culture in Manipur was found in at both caves and open air sites, and represented by the stone artifacts from Nongpok Keithenmanbi locality and Tharol cave site .. ...

The Neolithic culture found both in the hills and valley of Manipur The Neolithic stage of the stone age culture of Manipur is characterised by the stone tools consisting of chicels, hoeblade, triangular axe, quatriangular axe and adze and pottery" — (O. K. Singh - Neolithic stone tools of Manipur PMK - 1991.)

Pre-Historic কী Period অমা শাগৎপদা O. K. Singhগী ৱাফম অসি শোৌগৎলহনা Gangmumei Kabui না

"Reference to the caves has been made by several explorers including Kingdom F. Ward, the Botanist and naturalist. It was O. K. Singh, a young archaeologist of Manipur to whom credit should be given for a systematic archaeological exeavations and our knowledge of the Pre-History of Manipur is more or less based on his studies and excavation. On the publications of his findings in 1969, Manipur has been included in the pre-history map of the region" — (Gangmumei Kabui — History of Manipur. Vol. 1. Delhi 1991.

মথক্কী ব্রাকমশিং অসিদগী ঐখোয়না তশেংনা খঙবা ঙমলিবদি অঙনবা মতমদা লৈরম্বা শীংবক মচা, শীংবক অচৌবা অমসুং অতৈ পুয়াশিংগী Mythology গী মতম অহু হৌজিক্কি O. K. Singh না Reality দা ওনথোকতুনা Pre-historic কী ইতিহাস অমা শাগৎপদা ময়েক শেংহল্লকল।

অসিগুম্বা নত্তনা Peoples' Museum, Kakching না থিজিন হৈজিন্দুনা ফংবা মুঙগী যুগকী খুংজু খুংনাইশিং পুথোরকলি। অসুম্না পুথোরকলিবা খুংজু খুংনাইশিং অসিগী মতাংদা "Archaeological exhibits belong to pre-historic and historic periods of Manipur which consists of the ground and polished stones collected mostly from present day individuals who possess them for their magico-religious beliefs and Neoliths known as 'Braja Shingjang'

(thunder bolt) which the people of Manipur used as curative medicines of diseases. Topologically thus Neoliths consists of tang celt, quadriangular axes, adze, splayed axes and bar chicel which are distributed widely in the regions of South East Asia" -- (Ksh. Brajamohan Singh. Souvenir (Earthenware Exhibition PMK - 1984).

PMK না থিজিন্দুনা থমজিবশিং অমদি Archaeologists শিংনা ফংজিবা মচাকশিং অসিদগী নুঙগী যুগকী সভ্যতা অমা হৈরমলে হায়বা থগোল। মোয়নবা মনিপুরগী অরিবা পুয়াশিং 'নুঙ লাইহুই', 'নুংশোল', 'নুঙলোল অচৌবা' অসিনচিংবা কয়াদা পীরিবা নুঙ মখলশিং অসিগা নুঙগী যুগকী মীওইশিংনা শিজিন্নরম্বা নুঙগী খুৎলাইশিং অহুগা চাংদম্নহুনা য়েংলগা পাথংংগী মমাংগী কন্নবা মতম ফাওবা Neolithic Period ওইনা লৈরম্বগে হায়বা অহু archaeologists শিংনা লেপ্পা মতম ওইরে।

## মৈতৈগী হৌরকফম

মৈতৈ হায়বা কাংলুপ অসি কন্নম্না হৌরকখিবগে হায়বা অসিহু য়াম্না চনৈনরি। থাঙ্গেশেংবদি 'মৈতৈ' হায়বা বাহৈ অসিমক্তি চকপা কাংবুনা চফু শাবদা শিজিন্নরিবা মৈ অসিদগী হৌরকপা ওইগনি। অহু ওইরবনি চকপা কনানো? মখোয়না করম্না মৈ শিজিন্নৈ? মৈগা মখোয়গী পুন্সিগা করি মরি লৈনৈ? চকপা কাংবুনা শিজিন্নরিবা মৈ অসি নত্তবা অতোপ্পা কাংলুপ কনানা হাম্না করি মৈ শিজিন্নখি (মৈ culture তৌখি)?

করম্না মৈদগী 'মৈতৈ' কৌখি হায়বা পুন্নমক হংবা য়াবা য়াহং ঙাক্কনি।

ঙসি ঙাওবদা চকপা নত্তনা pre-historic period কী মতমদা মৈবু ময়েক লানা culture তৌরম্বা কাংলুপ অমত্তা পুখোকপা ঙগ্রি। অহুবু খৃষ্টগী চহী ২০০০ গী মমাংদগী চকপা কাংবুদি চফু শাবদা মৈ শিজিন্নরম্লে। চফুগী মতাংদা তুলসী সম্মান ফংলবী শ্রীমতি নাওরেম নিলমনি দেবী. খোংজাওনা করি হায়রিবগে হায়বা অদু অমুক য়েংশি —

"Our ancestors told us that the art of pottery was as old as history. The Manipuri literal word Chaphu (pot) itself is an indicator to its history. In the antiquated Manipuri language 'Yug' (a sanskrit word for one of the Hindu ages of the world) is called 'Chak' with the begining of the Chak, originated the construction of Phu (deepish vassel) and therefore called Chakphu. It is said that from Chakphu constructed by the Chakpa group, (an aboriginal groups of Manipur) the word Chaphu was derivated in the later age" — (Naorem Nilamani Devi, Earthenware Exhibition PMK - 1934) মথক্তা পল্লিবা অসিমক মৈতৈ শিংনা যুগপু চক কৌই। চক মথল মরিনি — (১) হয়িচক, (২) হয়াচক, (৩) খুন্নুংচক অমসুং (৪) লাংবা চক (কোঃ চক) অসিনি। চকপা মৈতৈশিং অসিনা যুগ কয়াদগী খুন্দারক্লবা কাংবুনি হায়না লৌবদগী যুগপু চক কৌখিরম্বা য়াই ··· ··· ।

অহুগা অমুকস্থ য়েংসি —

"যুগপ্লু চক হায়না কৌরম্মী। চকনা হৌরকপদগী শাম্নকলবা ফুনি হায়হুনা চকফু কৌখি। চকপা কাংবুনা শাবা ফুনি হায়বদগী চকফু কৌখি। চকফু হায়রম্বা অহুদগী চফু হায়বা অসিদা মমিং ওনখ্রে" (ক্ষেত্রি: কুমার সিংহ, মনিপুরদা চকু PMK - 1984) মরম অসিনা চকপা কাংবু অসি মনিপুরদা থ্বাইদগী খুন্দা লীরবা মৈতৈ কাংলুপনি হায়বদা চৌংনলিংঙাই লৈতে। অহুগা অমরোমদা 'মৈতৈ' করম্না কৌখিবগে হায়বগী মতাংদা চময়রিবা অখণ্ড অহৈশিংগী মত অমুক নৈনহনা য়েংসি। এন, ভাগ্যচন্দ্র সিংহনা R. Brown গী রাফন খর থননহুনা অহুম্না নৈনরি —

'The names of land in the early Chaks, according to the puyas (ancient written records) and the traditional legends were Tillikoktong Ahanba in Hayichak, Meira-Pongthoklam in Hayachak, Hanna Shemba Konna Loiba in Khunnungchak and Muwa Palli Mayai chumtong in early Konna (Langba) Chak, it was popularly known as Kanglei-Pungmayon, Kangleipak and Meitrapak. R. Brown writes "the name of the Manipur valley recognised amongst the Manipuris themselves is Maithi Leipak, or the country of the Maithis".

In no known time of the land its people these words Maithi and Maithi Leipak were found in use except in the writing of Atom-

bapu Sharma. This might be currupted expression of the words by Britishers who were not familiar with the native pronunciation" — (L. Beigyachandra Singh, Religious Philosophy of the Meiteis, 1991.)

ভুশেংবমকস্থ British writer শিংনা ইরম্বা লাইরিক-শিংদগী খঙবা ওম্বদি Meitei হায়বা ৱাহৈশিং অসি তোঙান তোঙানবা মীওইশিংদগী Questionnaire কয়া তৌরগা ইরম্বনা মরম ওইহনা মথোয় মশেল মত অমত্তা মান্নদে। British Author শিংনা পীরম্বা মতশিং পল্লহনা- "The origin of the Meitei is shrouded in mystery and the study on the religious faiths and the political ideologists of the Meiteis themselves, thus making the problem highly speculative and controversial" হায়না Prof. Gangmumei Kabui না ইরি অহুগা অমুকস্থ চংথরি — "The name Meitei, B.S. Hodgson in the mid nineteenth thought, was a combined appelate of Shiames — "Tai and Kochin Chinese 'Moi' (Moi+Tai=Moytai=Moitai=Meitei) and that the Meiteis belong to the Moi section of the great Tai race.

T.C. Hodson suggested that it was derived from the blending of two words "Mei" means man or people and "Tai" meaning seperate, Meitei seperate people another indi-

genous explaination is that Meitei (not Maitei) as derived from the creation of man by God in His image: Mi=image: Tei=Modelled=modelled after Gods' image=Meitei. However it is known that historically, the word Meitei was used during the period of establishment of the Ningthouja dynasty by Pakhangba to mean this clan or dynasty and the ethnic social group who were politically and socially integrated within the suzerainty of the Ningthouja" (Gangmumei Kabui, Ibid 1991).

অহুগা আর. কে. ঝলজিৎ সিংহনা ময়ুক হন্না জোনষ্টোন. ব্রাউন. বার্ডেন অমস্তং গ্রীয়ারসনগী মতশিং নৈনবদগী মৈতৈ জাতিগী অশেংবা হৌরকফম থিবা ফংদবদগী মহাক্না হায় — "মখোয়না ইরম্বা অচুম্বসু য়াওই, লানমনশিহনা নোংক্লংবসু য়াওই"- (আর. কে. ঝলজিৎ সিংহ, সেমিনার, মনিপুরী জাতিগী হৌরকফমগী মরমদা মপানগী পণ্ডিতশিংনা ইরম্বশিংগী অচুম অরান থিজিনবা, মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল – ১৯৮০) ফুরাইলাৎপম নন্দলাল শর্মানসু য়ানিংদবা উৎলহনা অমুম হায় "হডসন অমস্তং পেমবরতনগী বারিশিং অসি পুমলান লানবতা নকনা শাথিনস্ত মরিং মরাংই" (সেমিনার Ibid; অহুগা অরাং নোংচুপতগী লাকপনি হায়বা বাফম অসিদি মশামক্না শোগংলি। মহুদি — "অহৈ-অশিং কয়ানা শোগংপা অমস্তং চঙখোংল্লবা প্রমান কয়ানসু চেকশিনহনবা মরমনা, ঐখোয়গী জাতিগী পুংথাকশিং অসি অরাং-নোংচুপ চিনাদগী খুন্দারকপা মী

কাংলুপ অমনি হায়বা রাফম অসি ঐখোয়না য়াবা তারবনি। খোইদোক হেন্দোকনবু রাফম অমগী (অসিগী) মায়য়োক্তা প্রমান অতৈ পুথোকপনু ওয়দে। মরম অসিনা রাফম অসিগী মতাংদা য়েংনবা লৈত্রে, অসিবু অচুম্বনি হায়না লৌনরে। অম্বুমা রাফম অসিবু ঐহাক ইশামক্তবু শোগংলি" (Ibid)

মথক্কী মীংয়েং ময়াম অসিদগী মৈতৈগী হৌরকফমগী মরমদা ঐখোয়না করিদি ফংলে। ফংলিবা হায়ববু চমমনবা।

তশেংবমক্তি অঙনবা মতমদা (Haobinhian+Neo lithic Period) চকপা কাংবুশিংনা মৈগী সভ্যতা পুশিল্লকপা মৈ লাংপা, মৈ শিজিন্নহনা মৈগা তাইনৈ হায়বদগী মৈতাই, শমথরক্তুনা 'মৈতৈ' কৌখিবা শোয়দনা ওইগনি। মরমদি অহানবা চহীচাগী মতমদা পোইরৈতোন্না খুম্ভোরকপা মতমদা চকপা কাংবুশিংদি মৈ শিজিন্নরমলে। অতুদি —

"Poireiton, the elder brother-in-law of King Pakhangba reigned in the first century A. D., who appeared as the first settler, knew well that the chakpa group had already experience in the art of pot making (by using fire)" — "চকপা কৈথোং হাও পাখংও। মৈখু নোংলোন কাবা অসিবু করি মৈনো। ময়ুম চকপা হেমচেংনুপী ফুইকমৈ। চেককাই কাকূপ মৈ। চন্না তাংশোই মৈ। ফুতিং নোংকাই মৈরা পাওহংববু"-(M. Gourachandra, Souvenir Ibid) অতুগা বাহেংবম য়ুমজাও সিংহনা অমুক পোইরৈতোনগী খুম্ভোকতা মৈ পুথোরকই হায়রহনা — "Manipur at that time was inhabited by easterner not much better than the mole itself. They could not

make fire. So they were ignorent of its used" —(W. Yumjao Singh, An Early History of Manipur p '99) পোইরৈতোন্না খুন্থোক্লকপা মতমদা মৈ পুথোক্লকপনি অহুগা মতম অহুদা লমদম অসিগী মীওইশিংনা মৈ শিজিন্নবা হৈরমদে হায়বা বাকম অসিদি অখণ্ড-অহৈশিংগী মত মতুংইন্না লানগনি। মরমদি "পোইরৈতোন খুন্থোক" পুরাগী মতুংইন্না মথক্তা পঞ্চত্রে। অতুদি চকপা কাংবুশিং অসি কন্নবা মতমদা চংলকখিবগে হায়বগী মতাংদা এল. ভৈগ্যাচন্দ্র সিংহনা পেমবরতনগী মত লৌহনা অম্মনা নৈনরি —"In the pre-historic days also some Sawang Nongfurels men (five sons of Yoachik from China) (Tartar Colony) migrated to this land and settle at Susa Kameng "These were people called Chakpa" – (L. Bheigyachandra, Ibid) পেম্বরতননা সুসা কামেংদা খুন্দাখি হায়রিবা চকপশিং অসিদি লোন্না লাকপা চকপা কাংবু ওইরমগনি। মরমদি অঙনবা মতমগী চকপশিং অসি কন্নবা মফমদা খুন্দারখ্রগে হায়বা অসি খঙবদা বানা থোকই। মরমদি চকপা কাংবুশিংনা Haobinhian অমসুং Neolithic কী মতমদা শান্নবা চফুশিংগী মতাংদা অম্মা হায়রি — "In Manipur the use of pottery on the basis of the present research data is as old as 2000 B. C."- O. K. Singh Ibid) লাইথিনগী ওইনা খংবা বারি (Legendary) গী মতাংদা শ্রীনাওরেম নিলমনি দেবী থোংজাওনা অমুক্তা অম্মা হায় — "The legend of Manipur told us that seven Godesses, Ngareima (godess of fish), Thumleima (godess

of salt), Lalleima (godess of property), and Shilkima ( godess of craft ) etc. who were believed the incarnations of Panthoibi had settled down and erected villages in Manipur. Since that time, the godess of craft started the art of pottery" — (Ibid).

অস্থমা pre-historyগী ইতিহাস থিগৎপদা চকপ: কাংবুগী সভ্যাতা নৈনরগ: শেমগৎপনা লায়া শেংবা হেল্লগনি- হ'য়বা খঙবা ওনলে মতুদি —

"Neolithic pottery are found from four sites of Phunan, Napachik, Laimanai and Nongpok Keithenmanbi. On the basis of the pottery types the Neolithic culture of Manipur further can be sub-divided as Cordedware culture, Tripotware culture and Phunan (Geometric) culture. The Cordedware culture is represented by the hand made and ill-fired pottery decorated with cord marks from Nong pok Keithenmanbi locality. Here Cordedware overlies the Haobinhian culture after a short break in the stratigraphy and dated to the first half of the third millennium B.C. Tripotware culture is characterised by the Corded-marked pottery provided with Tripot legs. These are found at Napachik and Laimanai site. As stated above Napachik culture is as

old as 1450 B.C. (O.K. Singh, Neolithic Stone Tools of Manipur -- PMK - 1991).

মথক্কী নৈনজরিবা থরা অসিদগী খঙবা ঙম্বদি অঙনবা মতমগী সভ্যতাশিংগী মম্নুংদা চকপা কাংবুগী সভ্যতানা ময়েক লাবা য়াম্না হেল্লি। অসিগুম্বা চকপা কাংবুশিং অসিগী অঙনবা সভ্যতাদা মৈ শিজিন্নরম্মী হায়বদা চিংনরিংঙাই লৈতে। মরমদি মখোয়না মৈ ইরাৎপগী তেংথা ঈশৈ, মৈ ইরাৎপগী লাইশোল ঈশৈনচিংবদম্ব মথাগী অম্মা পল্লি — "চকপা ম্নুপী ফুথি মৈ, হেমচেংম্নুপী ফুথাহৈ, চেককাই কাফুপ মৈ" — (খেলচন্দ্র — থাইনগী শৈরেং, ইম্ফাল - ১৯৬৬) মসিদা নত্তনা চকপা থুম্নোকলোন, চকপা থুন্দা, চকপা খোইরা অমসুং চকপরোকনচিংবদা (ফোঙলবা/ফোঙদ্রিবা) মৈ শিজিন্নরবা অমসুং মৈবু ইরাৎ থৌনি তৌরম্বগী মরমদা ইরি। মসিগী খুদম ওইনা 'অন্দ্রো' চকপা কাংলুপ অসিনা ঙসি ফাওবদা মৈবু ইরাৎ থৌনি তৌদুনা থমলকলি। মসিবু ঙসি ফাওবা 'অন্দ্রোগী মৈ' হায়না কৌনরি। কনাগুম্বা থরনা অন্দ্রোগী মৈ অসি পুয়াগী মতুংইন্না পোইরৈতোননা পুথোরকপা মৈনি হায়না মত পী। মতুনা অতোপ্পা বাফম অমনি। মরমদি চকপা কাংবুদি পোইরৈতোন্না থুম্নোরকপদা মৈ শিজিন্নরমলে হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন হংরুবগী কান্নবা লৈতে। অন্দ্রোগী মৈ অসি পোইরৈতোন্না পীরম্বা মৈ নত্তে। মরমদি পোইরৈতোন চকপরা?

মরম অসিনা মৈ পূজা তৌবা মীশিং অসিনা মৈগা তাইনৈ হায়বদগী মৈতৈ=মৈ, তাইনবা=চংদবা য়ানবা (কলচর তৌদুনা হিংবদা মথা পোনবা) মৈতাই=শমথরকতুনা মৈতৈ কৌথিরনি।

ঙসিদি মৈতৈগী অফবা ইমুং অমগী মরমদা অম্মা পল্লি —

"অকবা ইরুং অমদা য়ুম কাথল শুনা শাবা, মৈ য়েক্পা, মৈফম অনী, অহলগী ফমফম কা য়াংপা অমস্তং সনামহি লৈমরেনগী খুবম থম্বা অসিনি" — (ডাঃ এমঃ কীর্ত্তি সিংহ, ঋতু ৫৭ শুবা চেফোঙ - ১৯৭৫ ইং।)

## মৈতৈ ময়েক :

মৈতৈশিংনা খুৎনা য়েকপা, লোনবা, হকপা অমস্তং উনমনচিংবা কয়াবু ময়েক হায়না খঙনৈ। ময়েক হায়বা বাহৈ অসি করম্না হৌরকখিবগে হায়বগী মতাংদা শ্রীনাওরেম অমু-য়াইমা সিংহ, পণ্ডিত অচৌবা, ককচিংনা অস্তুম্না তাকপীরম্মী (উনহুনা বারী শামরুবা, ১৯৮৩) মতুদি — "মৈ য়েকপা পোৎপু মৈয়েক কৌই। হৌজিক্তি 'মৈয়েক' পু 'ময়েক' হায়না খঙনরে।" অতুগা অস্তুম্না মথা তাবিরম্মী — "থাইনা মমাং-ঙৈদা মৈতৈশিংনা 'মৈ' য়েকপা পোৎপু য়াম্না লুনা লৌনরম্মী। শেৎন-ইম্নবা ফিরোম্মচিংবদা ফ্লুঙাংবা মচুনা 'মৈ' য়েকলবদি ফি অতু 'লানহৌফি' নি হায়তুনা শেৎন-ইম্নরমদে। মতু শেৎপদা শা-লান থোকল্লি হায়তুনা য়াম্না চেকশিন্না থম্নরম্মী। অতুনা 'মৈ' য়েকপদগী 'ময়েক' কৌখিবনি। 'মৈয়েক' হায়রবসু করিস্ত কাইদে।" শ্রীনাওরেম অমুয়াইমা সিংহ, পণ্ডিত অচৌবনা তাকপীরম্বা বাহৈশিং অসিদগী ঐথোয়না থস্তুনা য়েংবদা চকপা কাংবুশিং অসিনা শিজিন্নারিবা, ইরাৎ পূজা তৌরিবা মৈ অসি তশেংনমক য়েকলম্বস্তু য়ারি। করি মরমদগী মৈ য়েকপ্রিবনো হায়বা অসিস্তু নৈনবা য়াবা বাফমনি। মাস মতমগী মতুং ইম্না থিজিনবা ওক্কপস্তু য়াই। অতুবু হিরম অসিদি Cultural Anthropologist শিংনা পাইখৎকম থোকপনি।

মৈতৈ ময়েকী হৌরককমগী মতাংদা মপান লমগী মীওই-

শিংনা পীবা মত কয়া প্রো: এলাংবম নীলকান্ত সিংহনা নৈনরি। মীওই অমা অনী নত্তনা মপানগী মীওইশিংনা মৈতৈ ময়েক্কী মতাংদা মত ইপি পীরমদে হায়না হায় — "চহী কয়ামুক্কী মমাংদা ডাক্তর কালিদাস নাগনা মৈতৈ ময়েক উখিবদা আশোক্কী মমাংগী ব্রহ্মীগী মশকনি হায়রমই, য়ায়মক খঙনা হায়রম্বদি ওইদে। বাকম অসি ডাক্তর চট্টর্জিদা (ডাক্তর সুনিতি কুমার চট্টর্জি) হৌদোকপদা য়াম্না য়ানিংদবা ফোঙদোকই — নাগ মশানা থিজগদবনি হায়না মত পীরমই। ময়েক ৩৫ অসিগী হৌজিক্কী মশক অসিদি মৈতৈশিংতগীনি হায়বা কাওবা মত পীরম্মী"- (প্রো: এলাংবম নীলকান্ত সিংহ, সেমিনার মনিপুরী সাহিত্য পরিষদ, Ibid) লোয়ননা মৈতৈ ময়েক্কা খামটি ময়েক্কা মান্নবা থর লৈ হায়নস্থ মত ফোংদোক্লি। মসিগী মতাংদা (মতমতুংগী) দিল্লি বিশ্ববিদ্যালয়দা রিছার্চ তৌখিবা অরুনাচলগী লোহিত জিলাদগী লাকপা খামটি পণ্ডিত ডাক্তর ভিক্ষু কোণ্ডিন্যয়গা উনহৌবগী মতাং পল্লহনা — "খামটিগী ময়েক অসি বর্মীজনা লৌশিনবা মোনগী ময়েকনি হায়না লৌবদা কায়রোই" - (Ibid) অমুগা 'অগ্নি' পী মতাংদা পীবা মত — "মৈতৈ ময়েক্কা কোম্নবা "অঞ্জি" হায়বা ময়েক অসিদি তস্রগা মায়কৈদগী লাকপনি হায়র্বাসিদি শোয়রবা বাক্মনি" (Ibid)

ঐখোয়না মৈতৈ ময়েক্কী মতাংদা থিজিনদিংঙাই য়াম্না লৈরি। তৌইগুম্সুং মথক্তা পঞ্জিবা 'মৈ' য়েকপদগী 'মৈয়েক' অমুগা শমথরক্তুনা 'ময়েক' কৌখিবনি হায়বা অসিদি চিংনিংঙাই লৈত্রে। মরমদি মৈতৈগী অঙ্কিবা "ঙানবা তাংলোখোম্বা" পুয়া অসি নৈনবদগু কিদা মৈ য়েকপা অসি লানহৌকিনি হায়বা অসি খঙবা ঙম্মী। পুয়া অমুগী মতুংইমা কবো

সাসবনা মৈ য়েকপা ফি অমা লুবাক তাবুন্নংদা হাপ্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা য়োনবা লাক্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌনা য়েংলুবদা ফি অহু মৈ য়েকলম্বদগী লৌখিদে লোয়নমা মোইরাং নিংথৌগী মফমদা চংলুবদস্তু মৈ য়েকই হায়তুনা শেংলু য়াখিদে। মৈ-থংদা চাইরেন নিংথৌ য়াওফুরাকপনা ফি অহু পামখি। মনাওনিপা য়াওস্থুরাকপনা লানহৌফিনি খাংদা নিংথৌনা য়াদবদগী য়াওফুরাকপনা ফি অহু লৌখি। ফি অহু শেংলুবদগী য়াওস্থুরাকপগী থুবাক্তা মোইরাংগী ঙানবা থরাই থাখি।

অসুম্না পণ্ডিতশিংনা তাকপিরম্বা মত অসি অরিবা লাই-রিক্তা ফজন্না মযেক্কী মতাং অসিগা ফনা মচ নৈ। লোয়ননা মমাংডৈদগী হৌজিক ফাওবা অরিবা পুয়ানচিংবদা ইরিবা মযেক অসিবু মৈতৈ মযেক হায়না খঙনরি।

হৌজিক হৌজিক অশেংবা মৈতৈ মযেকনি হায়না দাবী তৌরিবা থোৎ ওফ স্কুল (thought of school) শিং অহুদি :—

১। মনিপুর সরকারনা এপ্রুফ তৌরবা মযেক ২৭

**"Meitei scripts recommended by the Meitei Mayek Expert Committee constituted vide Govt. Order of even no. dated 16th November 1978 in the Educational Institutions in Manipur and approved by the Governor of Manipur (Vide Govt Order no. 1/2/78 – SS/E of 16. 4. 80)**

২। থোকচোম থোকাচাম্পা মীতৈ রাকোকলোন থিলেন সলাই অমাইলোন পুকোক — মযেক ১৮

৩। অতোমবাপু দেব শর্ম্মা

মনিপুর পুরাবৃত্ত, ইম্ফাল পেলেস — ১৬/১১/২০ ইং, ব্যঞ্জন বর্ণ অমসুং স্বর বর্ণ পুনগা মযেক — ৩৪

৪। ওয়নাম ৺ভোগেশ্বর সিংহ
ময়েক মপী তম্নবা লাইরিক, ক খ গী পরিংদা - ময়েক ৩৫ নি স্বর ময়েক - ১৪

৫। Grierson
Linguistic Survey of India Vol. (iii)
— ময়েক ৩৫

৬। Journal of the Asiatic Society of Bengal
Vol. x/vii, part 1,1877 p. 36 — ময়েক ৩৫

## মৈতৈলোন :

পৃথিবীদা লৈরিবা লোনশিং অসি নৈনরগা মনিপুরী লোন মশক খঙবা ঙমগনি। লোনগী মরমদা অখঙ-অহৈশিংগী মত মতুংইন্না পৃথিবীদা লোন অসি পুম্না ২৭৯৬। মসিগী মন্নুংদা হান্না ঙাংনরম্মগা ঙাংনখিদ্রবা (শিগ্রবা) লোন কয়াম্থু য়াওরি লোন কাংলুপ চাউরাক্পা ১২ থোকনা খাইদোকই। কাংলুপশিং অমুদি — (১) ইন্দো-ইউরোপিয়ান, (২) সেমেতিক, (৩) হেমেতিক, (৪) তিব্বেতো চাইনীজ, (৫) য়ুরল-অলতাইক, (৬) দ্রাবির, (৭) মেলে পোলিনেসিয়ান, (৮) বন্তু, (৯) ময়াই থংবা অফ্রিকাগী লোন, (১০) অমেরিকাগী লোন, (১১) অষ্ট্রে-লিয়া অমসুং (১২) লেমহৌবা লোন কাংলুপ অসিনচিংবনি। অমুবু পুম্নমক নৈনরুত্রবসু মনিপুরী লোনগী মতাংদা লাকপা য়াবা খরদং মখাদা থমজরি।

চাইনীজ লোন ফুরুপ অসি কাংবু মরিনি — (১) মন্দারিন, (২) ফুকিনি (৩) চকন্তকী অমসুং (৪) হক্কানি। মন্দারিননা খ্বাইদগী চাউবা লোন কাংবুনি। অনামীজ ফুরুপ অসিগী লোন কাংবু ৩ লৈ — (১) তোঙ্কিমী, (২) কোচিন

মাক্টনিক্স অমসুং (৩) কম্বোদিয়ান অসিনি। শ্যামীজ ফুরুপ অসি "থাই-লোন" হায়নসু খঙনৈ। লোনশিবা কাংলুপশিংনা সান হায়না খঙনৈ। (মসি খঙজিনবদা কান্নগনি)। থাইলেণ্ড, আসামগী নেংপোক্কী শরুক, অমসুং বর্মাগী লমদম থরদা ভাংনৈ। ফুরুপ অসিগী লোন কাংলুপ মরি লৈ — (১) শনামী, (২) অহোম, (৩) সান অমসুং (৪) খমতিনি। (খমতি ময়েক্কা মৈতৈ ময়েক্কা মান্নবগী মতাং মথক্তা পল্লগ্রে) শ্যামী অমসুং সানদি থাইলেণ্ড অমসুং বর্মাদা ভাংনৈ। অহোমদি আসামদা ভাংনৈ। খমতিনা আসাম অমসুং বর্মাগা তাইনবদা ভাংনৈ তিব্বেতো-বর্মীজ ফুরুপ অসি তিব্বত, কাশ্মীর, ভূতান, সিক্কিম, নেপান, আসাম, বর্মা, নাগালেণ্ড, মনিপুর, অমসুং মেজোরামদা ভাংনৈ। লোন অসি ফুরুপ অনিনি মতুদি — (১) তিব্বতান অমসুং (২) বর্মীজ আসামীজনি। তিব্বতান লোনগী শলাই অনি লৈ — (১) তিব্বতান অমসুং (২) হিমালিয়ান। তিব্বতান-লালতি অমসুং লদাখীনি। হিমালিয়ান - নিবারী অমসুং গুরুংনি।

বর্মীজ-আসামীজদা লোনগী শলাই ৬ লৈ। বোরো, নাগা, কাচিন, কুকি-চিন, বর্মীজ অমসুং লোলো। অহুগা লোলো শলাইদা গারো, মেকালালু, ফোক, কছারী য়াওই। নাগা শলাইদা অঙ্গামী, সেমা, রেংমা, লোতা, চাং তাংখুল, মরিং, মিরিব, খোইরুউ, মাও, কবুই লোনশিং অসিনি। কাচিন শলাইদা কাচিন অমসুং হ্রাংকুলনি। কুকি-চিন শলাই-দা মৈতৈ, থাদৌ অমসুং লুসাইনাচংবা লোন শাগৈনি। বর্মীজ শলাইদা আরাকানী দাবেনি। অবাং অসোম শলাই কৌবা লোন অমসু লৈ — অকা, দফ্লা, মিরি, আবর, মিনমি অসিনচিংবনি।

## মনিপুরদা ঙাংনরিবা লোনশিং :

মৈতৈলোন শাগৈগী মন্নুং চনবা ফুরুপশিংদি :— চেংলৈ, লুয়াং, খুমন, মোইরাং, অঙোম, খাবা, মঙাং, হৈরেম-খুঞ্জান, সেকমাই, চাইরেন অমস্তুং অন্দ্রোনি। চিন শাগৈদা মন্নুং চনবশিংদি – থাদৌ, শোক্তে, সিয়িন, রালতে, পাইতে, তাশোন, জেহাউ, লাই, লাখের, লুশাই, বনজোগী পনখু, রাংখোল, বেত্তে, হলাম, লাঙ্গোং, আইমোল, অনাল, চিরু, হিরোই-লমগাং, কোইরেং, মান্তক, পুরুম, মরৈ, চোথে, চিনলে, য়েলুং, চিনবোক, য়িন্দু, থ্যাং অমস্তুং খামী অসিনচিংবনি।

মরম অসিনা পৃথিবীদা ঙাংনরিবা লোনশিং অসি নৈনবদগী খঙবা ঙম্বদি মৈতৈলোন হায়বা লোন অসি কুকি-চিন কাংলুপনি হায়বা অসিদা য়েৎননিংঙাই লৈত্রে।

## নোংচুপ হারম :

মনিপুরদা ভারতকী তোঙান তোঙানবা মফমদগী লাকুনা খুন্দা-লৈত্তা, চাদা-নাউদাহুনা মৈতৈ ওনখিবা মী কয়া কয়া লাক্লি। মখোয় অসি নোংচুপ হারমগী মী হায়না খঙনৈ। করম্বা মতমদগী হৌনা অসিগুম্বা নোংচুপ হারমগী মীওইশিং অসিনা লমদম অসিদা লাকতুনা লৈখিবগে হায়বা অসি ইহুনা থম্বীরম্বা পুয়াশিংগী মতাংদা অস্নুম্না পল্লি — "মনিপুরগী নোংচুপ মায়কৈদা লৈবা ভারতকী লম অতৈ-অতৈদগী লম অসিদা লাকতুনা লম অসিদা খুন্দাহুনা, ময়ুম-মকৈ পান্দুনা চাদা-নাউদাহুনা মনিপুরী সমাজদা ত্তিন্দুনা অহুম মনিপুরী অমগুম লৈরবা মীশিংগী মরমদা ইবা নোংচুপ হারম, চীঙঙুরেম্বী খোঙলুপ, বামোন খুম্হোকলোন, লাইরিক কয়েংবম লোন, উথোং-শাং লোন, তেখাওলোননচিংবা লাইরিক কয়াদগী খঙবদি

মনিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম চৎপা মী কয়া কয়া লাকতুনা লৈরে"— (নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ - স্মারিকা - মনিপুর রাজ্য হিন্দু সম্মেলন - ১৯৮১) অদুগা খুদম ওইনা মৈদিংঙু থংবী লাম্বাবা (১৩০২—১৩২৪) নোংচুপ হারমগী মীগা চারৌ-মৌরৌ-নবগী রাকম পল্লি। ময়াং নিংওোল চৌঙঙুরেম্বীনা মৈতৈ নিংথৌ কাকপা থরানথাবদা ওংলকখিবা লোয়ননা চৌঙঙুরেম্বীনা মহাক্কা লোয়নরকপা মী কাংবু কয়া মফম অসিদা খুন্দাখিবা কয়াসু পল্লি। চৌঙঙুরেম্বী খোঙলুপ নত্রগা চৌঙঙুরেম্বী নাউ-হুন্দা চংলকখিবা মীশিংগী মমিংশিংদি — (১) হরি নারায়ন (মহাক্কা শৌগাইজম চম্নু লৌতুনা মহাকী ঈদি - শগোলশেম), (২) রাম নারায়ন (মহাক্কা খুমহেম নিংওোল লৌতুনা মহাকী ঈদি - সাইখোম), (৩) তুলসীরাম (মহাকী ঈদি - ওয়নাম খুমন শগাই) অমসুং (৪) তেলি দেবানন্দ অসিনচিংবনি হায়না পল্লি। (Ibid) অদুগা অমুক রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ, বি, কমনা মনিপুরদা বৈষ্ণব চংলকখিবা অসি মনিপুরগী নিংথৌ খোঙতেকচা (৭৬৩-৭৭৩) গী মতমদা ওইগনি হায়না মত পী। নোংচুপ হারমগী মীওইশিংনা মতম অসিদা চংলকখিবা ওই-রমগনি হায়বগী মতনি — "মনিপুরদা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলকখিবা অসি মনিপুরগী নিংথৌ খোঙতেকচানা (৭৬৩—৭৭৩ ইং) পানবা মতমদগীনি হায়বা তাই। ফয়েংগী কোরি কোম্পাকতগী ঐখোয়না খঙবা ওম্মী মতুদি — খোঙতেকচানা পানবা মতমগী কোরি কোম্পাকতা 'শ্রীহরি' হায়বা রাহৈ অসি য়াওরে, অদু-গীসু মথক্তা শিব, দেবী (দুর্গা) গনেশসু পল্লি" — (রাজকুমার শ্রীস্নাহল সিংহ বি, কম, Ibid) অদুবু অরিবা লাইরিকশিং অমদি থিজিন হুমজিনবদা খোঙতেকচাগী মতমদা নোংচুপ হারমগী মীওইশিং চংলকখিবা কয়া থেংনদে।

অহুগা অমুক ককচিংগী ঈবুধৌ খম্লাংবনা ময়াং নিংঙোল শিজ কালিকা লৌহুনা লৈরম্বসি অঙনবা মতমদা ওইরমগনি খল্লি। অদুবু করম্বা মতমদানো হায়বা অসি লেপ্পা ঙম্মদে। মৈদিংঙু থংবী লান্থাবা (১৩০২-১৩২৪) গী মচানিপা ক্বাকপা খবানথাবনা ময়াংনিংঙোল চৌঙঙুরেম্বী লৌহুনা পানখিবা মতম অসিগা খম্লাংবনা ময়াং নিংঙোল শিজ কালিকা লৌহুনা পানখিবা মতম অসিগা অনি অসি করম্বনা হাল্লমগদগে হায়বা অসি চাংদম্লবা ঙম্মদে। ক্বাকপা খবানথাবগী বারী অসিনা ইতিহাসকী পরিংদা শাগৎপা মচাকনি অহুগা খম্লাংবগী অসিনা লাই-তিনগী রাক্ষম ওইনা লৈবনা ইতিহাসকী য়ুম্ফমদা পুশি-ল্লকপদা বানা থোকলি — "খম্লাংবা খুনকুমলোন কৌবা লাইরিক্তগী থংবদি চেংঙানা চেংলৈমা পান্নহুনা (১) কুরুম্বা (২) থিংবারোই খোম্বী, (৩) য়ুমচেংলৈমা মচা অহুম পোকই। কুরুম্বনা ফাতিবী পান্নহুনা তেক-তেক থাঙশাবা কচেং য়োং-শুংবা পোকই। মানা ইথাইগী নীংখমনা থোঙনাং খুনথিবা পোইরৈ খুন্তারৈএ হায়বগীদমক মমিং খম্লাংবা[1] হায়না কৌখি। খম্লাংবনা মনিপুরদা হুইমুরৈবা লৌরম্নগা তখেন লৈবাক্তা চংখিহুনা কালিকা লৌহুনা মনিপুরদা কালিকাগা লোইনহুনা থোরকখি। খম্লাংবনা লৌবা কালিকা অসি ককচিংগী খম্লাংবগা লোয়ননা লাই ওইনা হরাউরি। ককচিংদদা নত্তনা মনিপুরগী মফম কয়ামুক্তা 'কালিকা' হরাউই" — শ্রীনিংথৌ-

---

1. খম্লাংবা :— মনিপুরগী Cultural History অমা শাগৎপা তারবদি ককচিংগী খম্লাংবা কানবা য়ারোই — চকপা কাংবুশিংগী চফু, হৈরেম খুঙ্গান (ককচিং) গী য়োং অমসুং অতৈ লোই কাংবুশিংগী মুগা ফি অহুম অসি Cultural History গী মচাকশিংনি হায়না লৌবা য়াই।

খোংজম খেলচন্দ্র সিংহ (Ibid) অস্থুম্মা খয়াংবগী মরমদা ইবা কক্চিংগী মরমদা খরদং, কক্চিং খুঙ্খোকলোন অসিনচিংবা কয়'নস্থ নৈনরি। অহুগা অমুক শ্রোঃ মনিহার সিংহগী বাক্‌ম য়েংসি — "The first contact of the Manipuris with the Mayangs was through a passage of arms that took place during the reign of Kongyamba, the Meitei King (1324-1335 A.D.) The incident is described thus.—

Another fight took place at the Kouba Hinglen Ching in which the invading forces of the Mayangs were given a stiff resistence and ultimately routed -- Cheitharol Kumbaba.

And the velour of King Kongyamba is portrayed in the following words :

When he mad a spear dance at the Yingen Ching of the Luwang where animals are sacrificed to propitiate deities many Mayangs fell and were held captive. Among them were the long haired Mayang medicine man, the doughty Apherracha, the braggart Tingku Laba, Lakha Shunkatao and Aringtao. Those taken prisoners were 200 in numbers. Since that the location has been called Yingel Chakhunlok —(O. Bhogeshore Singh, Ningthourol Lambuba.)

The Kouba Hingel or Yingel Ching is a

hill rage nearly 18 kms to the North of Imphal, the present Capital City of Manipur. — (Prof. Ch. Manihar Singh – A Clarification on The Bishnupriyas in relation to the Manipuris, Manipur Sahitya Parishad – 1987)

প্রো: চোংথাম মনিহার সিংহনা মনিপুরদা ময়াংশিং অসি লানফা ওইনা পুশিল্লকখিবনি হায়বা মথক্কী বাফমশিং অসি য়েংলু: রগস্থ নোংচুপ হারমগী মীশিং অসিনা মনিপুরদা চংলকখিবা অসি কুইত্রি হায়না লৌবা য়াই। অম্ময়া নোংচুপ হারমগী মীওই-শিংনা মনিপুরদা চংলকতুনা চাউদা-নাউদা লৈখিবা মতম অসি ১৩ শুখা চহীচাদগীদি ওনখংনিংঙাই মরম লৈতে।

মথক্কী বাফমশিং অসি নোংচুপ হারমগী মীওইশিংনা মনিপুরদা চংলকখিবগী মতাংদা খর পঞ্চরুবগী বাতনি। মসিগী মতুংদা ইতিহাসকী থেনখাং-থেনখাং কয়াদা চংলকখিবা মীওই-শিংদি — বামোন, বিষ্ণুপুরিয়া অমসুং পাঙনশিং অসি পনবা য়াই। বামোন অমসুং বিষ্ণুপুরিয়াশিং[2] অসিনা সনাবহি অমসুং

---

2. বিষ্ণুপুরিয়া :- বিষ্ণুপুরিয়াগী মরমদা ইবা পাবা য়াবা লাইরিকশিংদি – 1. A Clarification on the Bishnupriyas in relation to the Manipuris by Prof. Ch. Manihar Singh, Manipuri Sahitya Parishad Imphal - 1987, 2. The Genesis of the Bishnupuriya, S. Manikchand Singh, The Progressive Youth Front, Lakhipur, Cachar Assam-1987 অমসুং (3) The Voice of the Manipuris on the Bishnupuriya Issue, S. Manikchand Singh, Ibid, 1989 অসিনচিংবনি।

লৈমরেন লাৎতুনা মনিপুরী সমাজদা তিনখি। বামোনশিংদি উমংলাই লাৎপা (হরাউবা) চৎনখিদে। তৌইগুম্বন্সুং বিষ্ণুপুরিয়া কাংবুশিংনা মখোয়না থোরকপদা লোইনরকপা হিন্দুগী লাইশিং অহু উমংলাই ওম্থোকতুনা হরাউবা চৎনরি, খুদম ওইনা থিন্নুং-গৈগী 'শ্রীরাম' অমসুং বাঙ্গোইগী 'শঙ্কর দেব'বু 'শঙ্কুদেব' হায়না উমংলাই ওইনা হরাউরি।

অমরোমদা খাগেম্বগী মতমদা মরুওইনা থোরকখিবা পাঙনশিংদি সনামহি লৈমরেন লাৎতে, উমংলাই হরাউদে। মৈতৈ নিংঙোল কয়া লোইনা লৈশ্রবস্থ ফিজেৎ-চাকচা মান্নদে। লাইনিং-লাইশোন তিন্নদে। খাগেম্বা লানফা, নোংশামৈ, খাগেম্বা লাংজৈ, পুয়াশিং অমদি পাঙন থোরকপা, মৈতৈ পাঙন, মনিপুরী মুস্লিম অসিনচিংবা অনৌবা লাইরিকশিং অসি পাবা য়াবা লাইরিকশিংনি।

হৌজিক্তি তোঙান তোঙানবা জাতি কয়া কয়া তিনশি-ল্লকতুনা মৈতৈ জাতিগী অপুনবা শক্তম অমা শাগৎলকলি। তিনশিনবগী লোইবা লৈতে। মসিদসু নত্তুনা সমুদ্র ঈ বাংমগী নিংঙোল লৌরুবা অমদি মৈতৈ নিংঙোন্না সমুদ্র ঈ ব্রাংমদা য়ুম পানখিবা কয়াস্থ য়াওনরকলে।

তঙাই ফদনা বাফম খর কোইনা থমলুরবসু হৌজিক্তি 'ক্বাথা' অরিবা মৈতৈ কাংলুপ অমনি হায়বসি করমনা ঙমলি-বনো? অমুক হন্না হংবা য়াবা বাফমনি। মরম অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ইচেলদগী হোংলকখিবা ফিজেৎ চাকচা ময়াম অহুদগী ঙসিদি মনিপুরী তম্পাক্কী মৈতৈশিংগী শকতম হান্নগী চৎনবীদগী পুমহোং হোংথ্রবনি। তম্পাক্তা তাবা মৈতৈশিং অমদি চীংদা তাবা কাথা খুন অনী অসিগী খেন্নবা খরদং থমজরি।

## মৈতৈগী চৎনবী :

মনিপুর তম্পাক্কী চৎনবী খর অপোৌবা মীৎয়েংদা থমলি। মৈতৈ সমাজদা মুপানা য়ুম লিংই। মমা ওইগদৌরিবী গর্ভ লৈবী মুপী অমনা মীরোনগ্রবা মতুং থা ৭/৮ শুরকপা মতমদা মাইবীনা অতেক-অকায় থোকত্তনবা কোকথোক চামথোকপগী থৌ তৌই। (পুন্সিগী অহানবী গর্ভপতি ওইরবদি মুপী মপামগী মমা মপানা অপোয় অঙাম পোকতনবা মীরোনগ্রবা মতুং থা ৭ নত্রগা ৯ শুরকপদা চাক কৌহনা শারেং পীজনৈ। মীকা ফোংনদে)। মায়য়োক্লবী মাইবীগী মতেংনা অঙাং পোকপা চৎনৈ। (হৌজিক্তি ডাক্তর নত্রগা নর্সকী মতেংনা অঙাং পোকই)। খোইরি নাওকম অচু ন্নপা পোক্লবদি য়ুমগী য়েংথংবা নাকথদা অচুগা মুপী পোকলগনা য়ুমগী ওইথংবা নাকথদা ফুমই। চফুদা হাপলগা ফুমবস্থ চৎনৈ। মথক্কী চৎনবী খর অসি কাথা মৈতৈগী চৎনবীগা মপুং ওইবা মীৎয়েংদা মাল্লে। তৌইগুম্বস্থং মপানা অঙাংগী মনাদা নাম কাম্বা, ইপান থাবা (যষ্ঠি পুজা) য়ুমশেংবা, চউম্বা, মমিং থোনবা, মশম কোকথোকপা অসিনচিংবা কয়াদি মনিপুরী তম্পাক্কী কোম্না চংলকপা ধর্ম্মগী শকফমগা ইল্লোইনরি।

ইমোইনু খুরুম্বা, অঙাংবু য়াংকোক্তা থমলগা পুন্সি নিবা অসিনচিংবা কয়াদি হায়গী মতৌ কাইদ্রি। অস্থুম্না মৈতৈ তম্পাক্কী চৎনবী খর অসি মৈতৈ জাতিগী শাগোম্নজরকপা চৎনবী ওইবনা কাথা মৈতৈগী হৌজিক চৎনরিবা খর অসিগা থোইনা খেন্নদে হায়না লৌবা য়াই। অদুবু চহী নহা ওইনা লাইমিং লৌবা অমস্থং লুগুন থাংবনচিংবা চৎনবী খর অসিদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈচেলদা য়াওরকপনি। কাথা মৈতৈ-

শিংনা মসি চৎনদে। তম্পাকী মৈতৈশিংনা লুগুন থাংবগী অককনবা মতম লেপ্লমদে। লোই কাংবসু লুগুন থাংই। শা চাই, যু থকই। তৌইগুম্বসুং ক্বাথা মৈতৈশিংদি লুগুন থাংদে। লুগুনগী মতাংদা অসুম্না ইরি — "ক্ষেত্রিঃ গোবর্দ্ধন্না চৈথাবা কুম শকাব্দ ১৬৪৯ (খৃঃ ১৭৩৭) কার্ত্তিক পুর্নিমা হিয়াঙ্গৈ থানিন বৃহস্পতিবার রোহিনি নক্ষত্রনা পানবা মুমিৎতা জয় শ্রীমহারাজ (ময়াংঙম্বা) নচিংবা শলাই তরেৎনা নগুন থাংখি" — (শঙ্গাই ফম্মাং) অহুগা লুগুন থাংখিবগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না ইরি — "শাদোকপম শাইপুগী কুম শক ১৬৫৯ বাকচিং থাদি য়ুমশকৈশনা হনএ। ১১ নি ইরাইদা লাইবা হায়বগী ফুরাদা মুর্ত্তি শঙ্গাইএ। থানিন নোং য়ুমশকৈশদা গুরুসুং নিংথেমসুং লিলোংতা ইরুপএ। অহু মুমিৎতা মহাপুরুষনা লুকুন থাংপীএ" — (চৈথাঃ কুঃ লাঃ ৯০) অহুগা মথাদা মসিবু অসুম্না পী। মতুদি — "থানিন য়ুমশকৈশদা গুরুসুং নিংথেমসুং লিলোংদা ইরুপএ। কোনোকপু বামোন ওইহল্লে।"

অহুগা অতোপ্পা মৈতৈ চেদা ইবা কুম্বাবা অমদনা — "থানিন নোং য়ুমশকৈশদা গুরুসুং নিংথেমসুং লিলোংদা ইরুপএ। অতু মুমিৎতা মহাপুরুষনা বামোননে হায়তুনা লোইনাএ। লুকুন থাংপিএ" — (Ibid)

## লুহোংবা :

পৃথিবীগী ওইবা সোসিয়েল ইন্সটিটুশন অমনি। মৈতৈশিংনা লুহোংবা হায়বসি ধর্ম্মগী মিংদা তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা লৌই। য়ুম পানবনা মীওইবগী পুন্সিগী খ্বাইদগী চাউবা থৌদোক অমনি হায়না লৌনৈ। হকচাংগী পেন্নবগী মওংদা য়ানবা, লৌনবা নত্তে হায়বা অসি লুহোংবগী চৎনবী কয়াদগী

খংবা ভস্মী। চেল্লগা লৌন লৈনবা অসিনচিংবসু মৈতৈ জাতিগী চৎনবীনি। য়েক খোকনবা নত্রগা সাইরুক তিন্নবা মুপা মুপী লৌন লৈনদে। আইন কাইনা লৌরবদি নিংথৌনা হাওজোং-পল্দা লোই থাই নত্রগা সমাজনা ইন্থোকই। (কাথা অরিবা মৈতৈ খুন্দসু য়ুম্নাক মশেল লৌন লৈনদে, নামুংনৈ) হৌজিক্তি লোই থাবা চৎনদ্রে। শ্রীকেঃ ঐচঃ কাওমচাশিংগী ইতিবৃত্তগী লাঃ ১৭/১৮ দা অসুম্না ইরি — "পুরোন ৮ শুপ্রবা অহুগী মখা তাথপ্রবদি লৌনবা য়ারে।"

কনাগুম্বনা মতৈমা লৌনদে। মতৈমদি মমাগুম্না খন্নে। মুপানা মনাওমুপাগী মুপী লৌবা চৎনদে। মনাওমুপীনা পোক-মিন্নবা মচিন মনাওগী মতৈশিংবু মনেম মকুদগী হেন্না হঙোইনা লৌনৈ। মপাগী মচন্না পোকপা নত্রগা মমাগী মবুংনা পোক-পসু লৌনদে।

মুপী হায়বা, বারোইপোৎ পুবা (হৈাজংপোৎ পুবা) লুহোংবা, চিরুক মুংথাং (ফিরুক মুংশাং—চাংমুংশাং) হাংবা, লুবাক চেং-বোন কাইবা অমসুং মুমিৎ ৫ নি শুবদা মপাম চাকৌবা চৎনৈ। চৎনবী খর অসি মমাংঙৈগী অরিবা মৈতৈশিংগী চৎনবীদগী য়াম্না লাপথোরকলে। চৎনবী খর অসি হিন্দু ধর্ম্মগী থৌরমগা য়ানশিন্নহনা ওইরকপশিংনি। মসি কাথা মৈতৈশিংদা চৎনদে। কাথাদা লৌন লৈনবা তারবদি হায়জরগা লৈনবা নত্রগা চেন-হুনা লৌনবা অসুম্না মখল অনী চৎনৈ। চৎনবী অসি তম-পাক্কী মৈতৈশিংনসু অহুম চৎনরি।

চেন্দুনা লৌবা তারবদি লৌথৎপা অমসুং লাই-ভিন (হৈথা লৈথা) থাবা অনীথক চৎনৈ। মমা মপানা মশা শোকপসু চৎনৈ। মসি লৌথৎপগী মথুং চল্লি। নিপানা মুপী চেল্লবদি মুপী ময়ুমনা বাহং পাওহংবা চৎনৈ।

বারোইপোৎ পুথ্রবদি লৈশাবী অহুগী শাই অহু পাখংগী অয়াবা য়াওদনা ককপা য়াদে। মপুং ফানা লুহোংবদা পলা লেপতুনা বামোন্না গোত্র শোনবা চৎনৈ। বরনা লুহোংকান্দা তুমিন্না ফমহনা লৈগনি। লৈ লুকথ্রবা মতুংদা ইমুংদা চংহনা কাংগুবী লান্নবা, প্রমান পাম্থে তৌহনা ঙাংনগনি। অসুম্না লুহোংবা লোইরগা নুপী ময়ুমগী মীশিংনা কন্যা অহু নিপা ময়ুমদা থিল্লকনি। নুপী থিনবদা কন্যানা দোলাই তোংগনি। অহুবু নুপীনা দোলাই তোংবা য়াদবা, পোৎলোই শেৎপা য়াদবা মনিপুরগী মফমসু লৈ। মহু লম লমগী লাইচংকী মথা পোল্লি। লুহোংবদা মমা মপানা কন্যা থিনবা চৎনৈ। অহুবু ককচিংদদি মমা মপানা কন্যা থিনবদা নুপা ময়ুমদা চৎনদে। নোংঙাল্লগা শো হাংবা চৎনৈ। মঙানি শুবা নুমিৎতা নুপীগী মমা মপানা লৈকাইগী অহল-লমন য়াওনা মচানুপীবু চাক কৌগনি। বরগা লোয়ননা অহল-লমনশিং য়াওগনি।

নুপী হায়জবগী মতাংদা তমগী মৈতৈশিংনা বারোইপোৎ পুবা চৎনবগুম্না কাথা মৈতৈশিংসু য়ুখোম অহুমলক থাবা চৎনৈ। য়ুখোম থাথ্রবা মতুংদা নুপা অহু নুপী ময়ুমদা থিনবা চৎনৈ। মসি তমপাক্কী মৈতৈশিংনা চৎনরিবা অসিদগী পুমতোপ তোপ্পী। মসিবু কাথা মৈতৈশিংনা য়াওং ইনবা হায়না খঙনৈ। চহী ৩/৪ য়াওংইল্লবা মতুংদা মমা মপানা মচা-মমৌবু লৌবা চৎনৈ। অসুম্না য়াওং ইনবা লোইরগা নুপা ময়ুমদা নুপী য়াওনা লাকপবু য়ুম থোকপা নত্রগা লুহোংবা হায়না কৌই।

**থাইনবা :**

নুপানা নুপী থাইনরগা চহী ৩ কাপ্রিঙৈদা নুপী অহু অতোপ্পা নুপা অমদা অমুক চেনখিবা থোক্রবদি নুপা অহুনা

মুপী ময়ুমদগী মমল তান্নি। চহী অহুম ফাগ্রবদি মমল হনবগী বাকম লৈতে। অহুগা খায়নরবসু মুপী অহু মুপা ময়ুমগী গোত্রদা লৈ। লুহোংদনা পোক্লকপা মুপা অহু শাগৈগী অরাংবা থাক্তা কাবা য়াদে মুপানা মুপী লোনবা চৎনৈ। খাইনগ্রবা মুপী অহুনা অতোপ্পা মুপা অমদা পাল্লুরগা হায়গী নিপা (মবা) অহুনা অমুক হনজিন্দুনা লৌববু তুমন খুনবা হায়না খণ্ডনৈ। তুমন খুনবা মীসু লৈ। কাথাগীদি খাইনবদা খুম্না বিচার তৌই।

শিবা ঃ

শিবা মতমদা অশিবা হকচাংবু মাংই হায়না লৌনৈ। কু শারগা লৈকাইগী মংদা থিল্লি। মৈ থাবদা মন্ত্র শোল্লি। ইমুংগী মীনা চাবা, থকপদা অথিংবা কয়া লৈ। থাক্ত, মরোই মোরোকনচিংবা চানদে। অস্তি লৌবা চৎনৈ। ইমুংগী নিপা-শিংনা লু কোকপা চৎনৈ। লম্লোইদ্রবদি গীয়া থাংই। পিণ্ড কৎলি। হৌজিকী মৈ থাবগী মওং অসি ফংদ্রিবৈদা মমাং-বৈদা হৈবোক খোংবান্দা মৈ থারমই। চহী অহুম শুদ্রিবা অতাং নত্রগা মীশি চাদনা শিবা মীদি পোংলোইনরমদে। লাঙ্গোল চৌংদা হুন্দোকই। অরিবা কাথা মৈতৈশিংনা মতম অমদা চৎনরম্বা পোংলোইবগী চৎনবীশিং অহুনি হায়বা য়াই। মনিপুর তম্পাক্কী লমদা হৌজিক্তি মসি চৎনদ্রে।

অহানবদা ইংখোন মমুংদা ফুমনরম্মী। খাগেম্বা নিংথৌগী মতমদগী ইংখোন্দগী তুরেন মপান্দা নত্রগা ময়ামগী লমজাওদা ফুমখি। মসিগী মতাংদা চৈথারোল কুম্বাবদা অসুম্না পল্লি — "য়ুম্লক্কী মং খৈবিকসুং পনপানতা হাংদোকহল্ল এ" – (প্লা: ৩৩) অশিববু মৈ থাবা অমসুং অস্তি লৌবা অসি গরিবনিবাজ নিংথৌগী মতমদা হৌদোকখি। বৈষ্ণব ধর্মগী ইথিন ফংদ্রিবৈদা

মৈ কোয়বসিগী নিয়ম য়ুমশেং, নাহৈবা, য়াইথোং শাবা, সনামহি লাইহুই, পাখংবা লাইহুই অমসুং নোংশাবা লাইহুই অসিনচিংবা শক শোন্নরম্মী। অতোপ্পা অমনা বামোনশিংগীনা য়ুমশেংবা অমসুং শোরাৎ শোনবা কোনথে। অদুগা অমুক লোই কাংবুশিংগীনা খরগা অমুক কোন্থবা চংনরম্মী। (হৌ-জিকসু লোই কাংলুপ খরাদি চংনরি) মৈতৈশিংনা মী শিরগা লম্বোইদ্রবদি নুমিৎ ১৩ নি শুবদা অদুগা লম্বোইরগনা নুমিৎ ১৪ নি শুবদা শোরাৎ শোল্লি।

বামোনশিংগী লম্বোইদবা মীগী শিরবা মতুং নুমিৎ ১১ নি শুবদা অদুগা লম্বোইখিবা মীগীনা নুমিৎ ১২ নি শুবদা শোরাৎ শোল্লি। বামোনশিংগীদি কয়া লম্বোইনদে। মৈতৈশিংনা শাস্ত্র খণ্ডবা রাৎপদগী অয়াম্বা লম্বোইনৈ। শাস্ত্রগী নিয়ম মতুং ইন্না লম্বোইগ্রবা মীগী হকচাংদি মৈ চংবা য়াদে, শাস্ত্রনা থিংই। ঈশিংদা নত্রগা লৈবাক্তা ফুমগদবনি। অদুগা মৈতৈ পাঙকোটশিংনা শিবা মতমদা লম্বোইনৈ। পিণ্ড কৎপদি য়ু কৎপগা মান্নৈ হায়দুনা তৌনদে। তৌইগুম্বসুং লম্বোইরগা শিবদা মৈ থাই। মসি শাস্ত্রগী নিয়ম নত্তে।

মথক্তা পঞ্জরিবশিং অসিগা লোয়ননা পোকপা শিবা, ষষ্ঠি শোনবা, চউম্বা, নাহুৎপা, লুগুন থাংবা, লুহোংবা, শিবগী শ্রাদ্ধ, পুম্নি হোংবা, উ হোংবা, য়ুম শেংবা, য়ুম চংবা অসিনচিংবা বৈষ্ণব সম্প্রদায়শিংনা চংনরিবা থবক থৌরমশিং অসিদা বামোন্না মন্ত্র শোনবা চংনৈ। অসিগুম্বা মন্ত্রশিং অসি 'পুজা পদ্ধতি' কৌবা লাইরিক্তগী ঙাক্তনি।

---

পুজা পদ্ধতি :— মনিপুরদা "পুজা পদ্ধতি" কৌবা তোঙান তোঙানবা মন্ত্রগী লাইরিকশিং লৈ। হায়রিবা লাইরিকশিং অসি শ্রীসুরেন্দ্র মোহোন ভট্টাচর্য্যনা লেংবা "পুরোহিত

অদুগা অমুক উ হোংব', বা হোংবা, নাহুৎপা, থেন হোংবা, (কৈথেন হোংবা) অসিনচিংবা কয়া থাইনগী মৈতৈ ইপা ইপুশিংনা চৎনরম্মী হায়বা অসি নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা ইবা 'নাউথিংখোং ফম্বাল কাবা' কৌবা লাইরিক পারগা খঙবা ঙম্মী।

মসিদসু নত্তনা হিন্দু ধর্ম্ম চংলকপদগী ইরমদম অসিদা পোকচরকপা শিংথানিংঙাই ওইবা হরাউ কুম্মৈ কয়া অমসু লৈরি — রাস লীলা, উদুখোন, বাশক উৎকণ্ঠ, গোষ্ঠ লীলা, এক গোপী, ধুমেন, বঙ্গদেশ পালা (অরিবা) সঙ্কীর্ত্তন অসিনচিংবা পনবা য়াই। অসিদসু নত্তনা মতম মতমগী — কৃষ্ণ জন্ম, রাধাষ্টমী, বামোন জন্ম, দুর্গা পুজা, পান্থোইবী পুজা, সরস্বতি পুজা, য়াওশং, মেবা বাখিনবা অমসুং বাফুকপা, লীকোন শান্নবা, রথ যাত্রা, বর যাত্রা অসিনাচংবা কয়ানি। কয়া অমসু লৈরি — চৈরাওবা, নমুংবা, উকাই কাপ্পা, কাক যাত্রা, হাওচোংবা, থাবল চোংবা, কাং শান্নবা (নুপীগা উরি কাং, নিপাগী শজি কাং), হৈক্রু হিদোংবা, খেং কাংজৈ, শগোল কাংজৈ, লমজেল মুক্না, পেনা, খোংজোম পর্ব্ব অসিনচিংবা কয়া পনবা য়াই। মসিদসু নত্তনা — চৌঙোই বারুনী, হিয়াংথাং খুরুম্বা, কাইনা খুরুম্বা, গোবিন্দ, মহাবাল খুরুম্বা, কাং পালি, নিংঙোল চাক্কৌবা অসিনচিংবা পনবা য়াই। মসিদসু নত্রি — লাই হরাউবা, শরোই থাংবা, লাইশা তানবা, ইমোইনু কোংবা লৈথোং ফাংপা, শোইবেন নোইবা অসিনচিংবা পনবা য়াই।

মথক্কী মৈতৈ তম্পাক্তা চৎনরিবা ময়াম অসিগা চাংদম-

---

দর্পন" কৌবা বেঙ্গোলিগী লাইরিক্তগী শ্রীপণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্ম, বিদ্য রত্ন, অমসুং শ্রীব্রজবিহারি শর্ম্ম, ব্যাকরণ কাব্য স্মৃত অসিনচিংবা মীওইশিংনা লৌথোকতুনা ফোংবনি।

নরবদি কাথা মৈতৈগীদি ইয়াম য়াম্দে। পোকপা, শিবা, লুহোংবনচিংবা মপুং ওইবা থবক থৌরমদগী হেন্দোক্লনা য়ুম থোকপা, চাক্তৌবা, কোরাংপা ইভা ফৌথি তাবা, ফৌরাংপা, ফৌ কৌবা, শা ফাবা, শিবদা পাঙথোকপা থৌরমশিং পনবা য়াই। মী শিরগা মৈ কোয়না, মঙ্গারকপা, অশি চেংজ্ঞস, থাশি চাক, যোং খিংবা, মীশি চাদনা শিখিবা মীগী পোংলোই-শিং পনবা য়াই। মসিদস্থ নত্তনা কাথা হয়াউবা, শা তানবা, লাই চাকলোং কৎপা, ফম কাবা অসিনচিংবা থর পনবা য়াই। মসিদস্থ নত্তনা য়াওশং, তর্পননচিংবা কৎপগী চৎনবী থরস্থ পাংথোকই। শা চাবা, য়ু থকপনচিংবা কয়ানা হয় উ তুম্মৈ-শিংগী মপুং ওইবা থৌরমশিংনি।

অদুগা অমরোমদা তম্পাক্তী মী শিরগী পালা লেপতুনা পুং ঈশৈ য়াওনা শোনবা চৎনৈ। মসিবু সঙ্কীর্ত্তন হৌবা (লীংবা) হায়না খণ্ডনৈ। রাস কাথা মৈতৈশিংদদি চৎনদে। নাহৈরোননা শেংদেকেই। মসি মৈতৈ বৈষ্ণব সম্পাদায়গী অকনবা শাক্ত অমনি। তশেংবভক্তি শাস্ত্রগী মতুংইন্না পালা কোইহনা পুং ঈশৈ শকপা অসি শ্রাদ্ধগা করিগুম্বা মরি অমতা লৈনদে। তৌইগুম্বস্থং মনিপুরী সমাজনা সঙ্কীর্ত্তন লীংহনা নাম শ্রবন তৌববু অর্থ লৈনা লৌই। মরম অসিনা পোকপা, শিবা, লুহোংবনচিংবা থবক থৌরম কয়াদা পিক্লবস্থ, চাওরবস্থ সঙ্কীর্ত্তন লীংবা চৎনৈ। সঙ্কীর্ত্তন লীংদনা ভগোই রাস হৌবা চৎনদে। মসিগী মরমদা ইবা "সঙ্কীর্ত্তন বিচারনচিংবা লাইরিক কয়া লৈ। অমুম্না সঙ্কীর্ত্তননা মনিপুরী সমাজদা সঙ্কীর্ত্তনগী অচৌবা ফিদা অমা কন্দুনা লৈ।

অদুগা অমুকস্থ মৈতৈশিংনা চুমিৎ ১৩ নিদা সোরাং শোল্লিবা অসি শাস্ত্রগী মতুংইন্না অকাইবা লৈতে। অদুগা

মুমিৎ ৫ নত্রগা ৬ নি শুবদা অস্তি লৌরিবা অসিদি অকায়বা লৈ। শাস্ত্রগী মতুংইন্না মুমিৎ ৪ নি শুবদা অস্তি সঞ্চয় লৌগদবনি হায়বা অসি মথক্তংনু পঞ্জয়ে। অদুগা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধনা চহী অমগী মসুংদা অকক্লবা মতম লেপ্লমদে। শিবা মতুং মুমিৎ ১০ নি শুবা হায়বদি পুন্না মুমিৎ ১১ নি শুবদা পিণ্ড ১৬ কৎপা লোইবনা একোদ্দিষ্ট শ্রাদ্ধগী মপুংনি। মরম অসিনা মৈতৈ ঐখোয়গী মী শিরগা চৎরম্বা চুকশা মোইথেম-নচিংবা হাপশিল্লগা মুমিৎ ১৩ নিদা সোরাৎ শোনবসি চৎনরম্বা য়াই। মসিদা করিসু অকায়বা লৈতে। লোয়ননা থা খুদিংগী লাইদা সিদ্ধা থিনবা অমসুং চহী ওন্নকপদা উৎসব থাংবা অসিনচিংবা নৈমিত্তিক শ্রাদ্ধগী মসুং চল্লি। অদুগা বামোন-শিংনা মুমিৎ ৩/৪ নত্রগা ৫ দা অস্তি লৌখৎলিবা অসিদি শাস্ত্রগী নিয়ম নত্তে। মুমিৎ ৩ নি শুবদা অস্তি লৌখৎলিবা বামোনশিংগী চৎনবী অসি ওইথোকপা য়াবা মরম অমা লৈ। মতুদি গরিবনিৱাজ নিংথৌ অসি ইংশোক ১৭৫১ দা শিখি। অদুগা মচানিপা অনন্তশাইনা ইংশোক ১৭৫২ দা মপাগী লু খুন্দুনা শ্রাদ্ধ শোনখিবা অদু পনবা য়াই। মতুদি — "ইং ১৭৫২ দা অনন্তশাইনা লৈখিদ্রবা মপাবুং (গরিবনিৱাজ) গী লু লৌবা তোমকাং হিদেন্দা চংখি অমসুং নাম শকতুনা শ্রাদ্ধ তৌরম্মী। অদুগা অনন্তশাইনা মুমিৎ ৩ নি শুবদা মপাইবুংওগী হকচাংবু থেং-নখি। মরম অসিদগী মহাক্কী মচা-মণুশিংনা শিরবা মতুং মুমিৎ ৩ নি শুবদা অস্তি লৌখৎপগী চৎনবী অসি হৌজিক ফাওবা ওাক্লা চৎনরি" — (ডাঃ পোলেম নবচন্দ্র, সাহিত্য লৈচল মনিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফাল — ১৯৯৪)

মরম অসিনা মথক্কীশিং অসি য়েংল্লরগা বামোনশিংনা মুমিৎ ৩ নিদা অস্তি লৌখৎলিবা অসি মসিদগী ওইগনি।

মথকী চৎনবী ময়াম অসি খিজিনবগা লোয়ননা অঙাই-যজনা মনিপুরগী 'Cultural History' অমা শাগৎপা চুমলে। মসি শাগৎনবা হোৎনবদা অন্নিবগী ৱাফম কয়া লাকই। কাথা খুনগী হৌজিক হৌজিক চৎনরিবা খরা অদিনা লংলা লংজিন ওইবা য়াই। মরমদি কাথাগী মী শিরগা পুংথাক-লমদাইদা য়োং খিংবগী চৎনবী অমা লৈরমখিবসি য়াম্না চুপ্না নৈননিংঙাই ওই। থাঙ্গশেংনা কাথাগী মৈতৈশিং অসি হৈরেম -খুঙ্গান (ককচিং) ওইরমগদ্রা হায়না চিংনরকই। অদুগা অমরোমদা অমুক য়েংলগা কাথাদা লাৎলিবা লাইশিং, নোং-পোক নিংথৌ, পাখোইবী অমসুং শংত্রিক চংনিংথোগী হরাউবগী লাইরোন্দা — "লোইচীংদা থায়াইদ, লংমাইদা থাজোকপা" অদুগা লাইকৌবদা ইমা ইবেনশিংনা শকলিবা —

"হি খিবা হিথিবা

লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাবা হিরামরোদা"

অসিনচিংবা শৈশকশিং অসি হুম্না খন্নরুবগা কাথা মৈতৈশিং অসি মৈতৈ নিংথৌ উরা কোন্থৌবা (৫৬৮—৬৫৮) গী মতমদা নোংমাইজিং চীংদা তারম্বা শেলোই লংমাই কাংবুশিং অদুরা হায়বা অসিসু চীংনদবা ওমদে। মরমদি শেলোই লংমাই কাংবুশিং অসি মথৌনা মরিংজেল লৈবা লান য়াম্না পাম্না কাংলুপ অমনি। মথোয়গী মথৌনা মরিংজেলশিং অদু খংলমনা কাইনথংদা নিংথৌ ক্যাম্বনা ঙমখৈ ঙাকপা ওইনা কাথাদা লৈহনখিরমসু য়ারি।

মথক্তা পঙ্খ্রিবা হৈরেম খুঙ্গান অমসুং শেলোই লংমাই হায়রিবা কাংলুপ অনী অসিমক মনিপুরগী ইতিহাসতগী চিকনাং মাংথ্রবা কংলুপ ঙাক্তনি।

মসিদসু নত্তনা কাথা, অরিবা মৈতৈ কাংলুপ অসিমা

শক্লরিবা খুন্নুং ঈশৈশিং অসি লিরবা মতমগী ঈশৈনি হায়না লেপ্পা ঙম্মী। অসিগুম্বা মৈতৈগী লিরবা ঈশৈশিং অসিবু মনিপুরগা খুন্নাহনা লৈরবা পাঙনশিংনসু য়াম্না পাম্না শক্লরকখি। নিংথৌ পামহৈবা (১৭০৯-১৭৪৮) গী মতমদা সলিম কৌবা পাঙননা মহাক্কী ভালোইগী কাইনা মৈশাবু শৈথাহনা ইঙেন থাগী মতমদা 'লোয়া তমলৌ' লৌকোন্দা শকখিবা ঈশৈশিং অচুদগী কাথাগী অরিবা মৈতৈ কাংলুপশিং অসিনা হৌজিক শক্লরিবা ইশৈশিং অসিনা হেন্না অমুক লিশিনবা হেল্লি হায়না খণ্ডবা ঙম্মী।

সলিমগী ঈশৈ :[1]

"হ' ইবেম্মা/ইমানগী মচাবু পাম্মুবী/লোইয়া তমলৌ কা-চিন্দা/পাথং মুংওন লৌ কান্দা/ইঙেন থা খুংলববু ভাইবদি/হোংদ-কুমওন-কুমচংতবু মরাকই/ইনেম মচাও নংবুদি উদরে।"

কাথাগী ঈশৈ :

"য়োয়মরাইগী আঃ — অঙালগী তাংলোম্ন।

য়োয়মরাইনা লৈনা তাগে হায়রকলে"

মসিদসু নঙনা চৌংদা তাবা কাথা মৈতৈশিংনা পানা মনা হেক্কপনা শিনকম ওইবদগী শক্লকই — "চৌংমুংগী পামকা না-কুপ্পী/পোম্লাংলা পোনচেপ লোনবগুম/আঃ লৈকললংবগুম লেং-বীয়ু/ওঃ লৈরেংবগুম লেংবীয়ু" মসিদসু নঙনা শাজিবু থা হোৌরকপদা চৌংমুং পামেন উজাওশিংনা মনা অনৌবা হলকপবু উরবদা মচা মগু শিখি নাখিববু শৈথারহনা অহুম্না শক্লকই —

---

1 পাঙনগী খুন্নুং ঈশৈ, লিবর্টি পব্লিশিং এসোসিয়েসন, ইম্ফাল - ১৯৮৬ দগী লৌথোকপনি।

ইবুংঙোনা অমুদোন মুংশি কোংবা লমথোঙ ফাংলক্লে/তলাগীনা, মুংশি শিশিন্নবশিংহুন'/তলাগী য়েন্নীং হুন্নকালেনে ··· /মপারি কাইনখিবশিংহুনা, মথংলেন মুংশি কাইনখিবশিংহুনা/ইপারিগী করি শেংসি হায়রদনা/ইমে'মগী করি খোনশিগে হায়রদনা ···"

অসিদম্ব নত্তনা ফো ঙাকপগী ঈশৈ কয়া শকলি। তাবদা তু চুংনিংঙাইনি।

অহুগা অমুক লাইরোন্দা — "অফিং চাকচানবা, কবা লৈওইনবা ··· /তিমেন হুস্ব'ন লোংববু, থুংম্ব থুংওইনরিবা লাইয়িংথৌ/শম্নাং নংগী যটান্নুংদ', গঙ্গা লাইজ ঈ পুবা তেন্দোং নমদা পোবা, কাংগম য়াদা চিকপা।"

অহুগা অমুক লাইগী তুং ইন্নরগা শকপা ঈশৈ —

"হোরি হে নারায়ো, রাম কৃষ্ণ নারায়ো
গোবিন্দ রামো, হোরিহে রাম"

হ'য়বা শিব মহাদেব অমদি রাম কৃষ্ণনচিংবা পনবা অসিনা হিন্দু ধর্ম্মগী অকনবা শাফু অমা লৈবগুম উহল্লি। তশেংবমক্তি কাথাগী মৈতৈশিংগী তমদা খোংদাফমদি ককচিং অমম্বুং পল্লেলনি। ককচিং হরাউবা অমম্বং পল্লেল হরাউবগী কম খিনবদা "হোরিহে নারায়ন" শকপা চংনৈ। কাথা মৈতৈশিংনা মসিগী মতৌ তমখি। লোয়ননা মহাদেবগী তেন্না চীংমুংহুত্তা হুৎলগা মনিপুর অসি শেমখি হায়না মতম অমদা কম্না থাজনরম্মী। তম্পাকী তুনাথ খুরুম্বদা চীংঙ মহাদেবগী মিথৈ শোনবা হৌজিক ফাওবা চংনরি। মহুগী মমি অমা অহলশিংগী হাকচক্তা তাখি।

অহুগা অমরোমদা প্রমান পান্নেম্ব য়ামা হৈ। মাংক্লে লাকপা মীশিংদা মখোয়না ··· — "ঐ য়ৈ, ইপুঙো থাঙ লৌউদবনা তরা চাকঙন চায়", "তরাউ ফকশাবনা ককলৈতে" অহুগা হৈরুবোপ হেকপদা — "ঐ য়ৈ ইপুঙো, মুপীনা উপ্রক্তা

কারণা মুপানা মথাদগী য়েংবদি ফজররিনি" (হৌজিকতি হৈরু-বোপ হৌখিত্রে) অসিনচিংবা বাপুগী মপা চানা কয়া তাং শকই। অদুবু হৌজিক্তি পৃথিবীগী মথ্যাং লাউরবা খৃষ্ট্যান ধর্ম্মনা[a] কাথাগুম্বা চাৎলৈবাকী খুন মচা অমা শেপ্রাক্তা য়েপখিবদা খোইনা চিংননিংঙাই লৈতে। 'কাথা সনা লৈবাক' নংগী নরাই-বক করিদা লৈরি হায়বা ঐখোয়না লেপ্পা ঙমদে।

হৌজিক্তি কাথাগী মরমদা ইবা লাইরিক অমমং চেকোঙ কয়া লৈরে। কোঙদোকনত্রিবা খেসিসনচিংবা কয়াসু য়াওনরে। খেংনজবা খরদি —

১। শ্রীলেখক, রাইটর্স এসোসিয়েসন, ককচিং ১২ শুবা চহীগী অধিবেসন, সোভিনির — জুন, ১৯৮৩ (চেকোঙ)

২। এঃ ব্রজকুমার শর্ম্মা, সাহিত্য বীনা, কছার — জুলাই, ১৯৮৩ (চেকোঙ)

**THESIS :** Ksh. Brajamohan Singh,
Kwatha : A case study of the social life of an Aboriginal Meitei Hill village of Manipur, project report submitted to the Indian Council of Social Science Research, Delhi.

---

খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম :— খৃষ্ট্যান ধর্ম্ম অসি চৎপা মৈতৈ খৃষ্ট্যান য়াম্না লৈরে। হৌজিক কাওবদা কাথা খুন য়াওনা মনিপুরগী ভুম্পাকী ডিষ্ট্রিক্ট খুদিংমক্তা চর্চ্চ মশিং ৬০ য়োম লৈরে। অদুবু মৈতৈ বাপটিষ্ট এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরিগী অকোঙবা রিপোর্টকী মতুং ইম্না কাথা য়াওরগা চর্চ্চ মশিং ৩৭ নি। লমশিং অদুগী মমিং হাপচয়ে।

লোযননা খবর কাগজশিং অমদি মুতুবা শাহাতুবগী Script অমা AIR, Imphal না ১৯৯৫ ইং দা হুন্দক্লা শন্দো-রকখিবতু মমিং পনদা যাই।

পুম্নমক অসিগী মথক্তা PMK না কাথা পুথোকলে (Kwatha discover) তৌরে হায়বা যাই। মবমদি ওসিদগী চহী কয়ামুক্কী মমাংদা ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্রনা চীংলৈবাক অমুদা মশীং নাইদনা চংগে (লাইওইশ্রবা অহল-লমন কয়া উনখ্রে), মশীং নাইদনা চংলকলি। মতুগী ফলনা পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিংগী পব্লিকেশন্সকী মথাদা লাইরিক অহুম পুথোক্লে। লাই-রিকশিং অমুদি —

১। কাথা : অরিবা মৈতৈ কাংলুপ অমা, শ্রীলেখক - ১৯৮৪
২। Kwatha : Socio-Economic and Religious System, Dr. N. Pramodini Devi - 1995
৩। কাথা : চীংদা তাবা মৈতৈ খুন, ময়াংলম্বম গৌরচন্দ্র ১৯৯৫ অসিনচিংবনি।

পিপলস' ম্যুজিয়ম, ককচিংনা হৌজিক ফাওবদা পুথোরক-লিবা লাইরিকশিং অসিদা কাথা মৈতৈশিংগী মরমদা কুপ্না নৈনরি। কাথা ক্যাম্বা (১৪৬৭-১৫০৮) গী মতমদা মৈতৈ লৈবাক্কী লমথৈ ঙাকপা ওইনা লৈহনখিবা, কাথা কৌখিবগী মরম, কম কাবগী কোম্বারোল অসিনচিংবা কয়াম্থু য়াওরি। পুম্নমক অসি নৈনবা লোইবা নত্তে। অদুগা অমরোমদা অমুক হৌজিক হৌজিক মনিপুরগী চৎনরিবা খর পঙরিবা অসি পোকপা, শিবা, চূড়াকরন (লুগুন থাংবা), লুহোংবা অমসুং শ্রাদ্ধ অসিনচিংবা অসিগী শাস্ত্রগী ওইবা নিয়ম কয়া লৈ। নিয়মশিং অমু শ্রীমৎ-পরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গীরিনা ইবা — কর্ম্মগী লম্বী

অমম্লুং তক্লীগী লম্বী অসিনচিংবা লাইশিংদা য়াওরি। মচু হাপচল্লে। পুম্নমক অসি য়েংলুরগা কাথা মৈতৈগী চৎনবীগা চাংদম্নবদা চাম্নবনি খঙহনা পঙখিবা ঙাক্তনি। অহোবা অমম্লুং অরাংপা কয়া লৈরিবনি।

মথক্তা পঙরিবা কাথাগী লাইরিকশিং অসিনা ইপানাৎ ইপুনাৎ থিগৎহন্নিংবগী বাখল্লোন অমা শাগৎহল্লি। মতাং অসিদা প্রোঃ নিলকান্তগী বাহৈদা "হৌজিক অসি রিছার্চকী মতমনি" হায়বা অহু নীংশিংহল্লি। তশেংবমকন্থ লাইরিকশিং অসিনা লংলা-লংজিন ওইহনা কাথা মৈতৈশিংগীতা নত্তনা মনিপুরগী নাৎকী অচুম্বা ইতিহাস অমা শাগৎপদা মতেং ওইরগনি খল্লি। পাক চাউবা মীয়েংদা হায়রগা কাথাগী মরমদদি মনিপুরগী মনুংদা ময়াংলম্নম গৌরচন্দ্রনা মসিগী মহৈ ফংফম থোকই (credit goes to Peoples' Museum, Kakching) হায়নিংই।

ককচিং
তাং ৫/৫/৯৫ ইং

শ্রীলেখক

# ক্বাথা

## চীংদা তাবা মৈতৈ খুন

ক্বাথা মৈতৈ লৈবাক্কী ওমথৈ কবোগা তাইনবা চীংথক্তা তাবা খুঙ্গং অমনি। মোরে য়োগদবা কি: মি: ১১ য়োম বাংলিকৈদা ক্বাথা লমখাই লৈ। লমখাই অসিদগী কি: মি: ৫/৬ য়োম চংলগা ক্বাথা য়োই। খুন অসিগী মমিং ক্বা থাই হায়বদগী ক্বাথা কৌখি। খুনগী মচিন্দা লাইওইরবা অচৌবা খোংনাং পাম্বী অমা হৌরম্মী। খোংনাং পাম্বী অহুগী মখোংদা গরিবনিরাজ মহারাজগী মজা ইবুঙো শ্যামজাই খুরাইলাকপনা থারম্বনি হায়নবা কবোকলৈ পাম্বী হৌই। কবোকলৈগী মরমদা হায়নবা অমা লৈ। লৈ অসি মপান শাত্তনা চহি কয়া লৈরুরবা মতুংদা শাংলকই। কবোকলৈনা শাংলকপা মতমদা শ্যামজাইগী মপোক অমা পোক্লে খওনবা থারম্বনি হায়নৈ। মফম অসিদা লৈরম্বা হুওশিংসু মাওহনখরে। অহুগা মমাংকৈদগী হৌরকপা হৈপান লৈপান অয়াম্বা কংশিল্লক্লে। ক্বাথা খুনগী য়ুম অমহুং মীশিং ইহেন হেনগক্তে। য়ুমশা মওংদি মৈতৈ য়ুমশা কা অহুমদা অয়াম্বা শানৈ। হৌজিক্তি মানা মানা শানীংবা মওংদা অয়াম্বা শানরক্লে। খুনগী ময়াইদা লম্বী অমা ফাওদোক্লুনা চংলি। লম্বীগী নাক-য়েত্তা য়ুম পরেং অনীথোক্না তাই, পরেং অমনা নোংচুপতা শাই, মমাই নোংপোক ওইরি। পরেং অমনা নোং-পোকতা শাই মমাই মখা ওইরি। য়ুমগী দারিবান অয়াম্বা বাংনৈ মরমদি শা-শল চওবা কাবা ওমদনবা। খুল্লক্তা টৌটি

পুশিল্লকত্রিবৈ মমাঙদা য়াম্না মরুওইবা ঈশিংখোং অনী লৈরম্মী। চেক চনবা ঈশিংখোং অহুনা উথম্বাল চৌবী ঈশিংখোং হায়না খঙৈ। চেক চন্দবা ঈশিংখোংনা লোকচাও ঈশিংখোং হায়না খঙৈ। ফৌ নত্তবা মরুওইবা পোখোকশিংদি হৈরুবোপ পানা-মনা, শোইবুম, মেক্রুকনি। মখোয়গী মরুওইবা করবার তৌফমদি মোরে অমসুং ককচিংনি। হিন্দুগী লাইশঙ লৈতে। লাই-তিনগী খোরমনুচিংবা মৈতৈগী অহিবা লাইনীং লাইশোন্না শোল্লি।

## অঙাং পোকপা

কাথা খুনগী অঙাং পোকপদি, মাইবী নাউকনবীনা অঙাং পোকদৌরিবা মমা অহুগী অবা-অনা খোক্তনবা লাইশোল তিনখোলগা লোয়নবা খোরম তৌহনা অঙাং পোকহল্লি। অঙাংগী খোয়রি নাউফম ফুম্বদি, মমাঙথোঙগা তাইনবা, ফম্মেন অমসুং নাকথ হায়বদি; থোঙগী য়েং-ওইদা ফুম্মী। ফুম্বা মতমদা, মাইবীনা খোয়রি নাউফম অহু চফু অমদা হাপ্লগা ফুমফম তানা য়াম্না নেম্না পুরক্কনি। বাংনা পুরবদি অঙাং খংগল্লি হায়না খাজনৈ। পোকইবা অঙাংনা নিপা ওইরগা ফম্মেন্দা, নুপী ওইরগনা নাকথদা, খোয়রি নাউফম ফুম্মী।

## ঈপান থাবা

নুপীনা নুমিৎ তরুকনি, নিপা ওইরগা মঙানি শুবা নুমিত্তা ঈপান থাগনি। ঈপান নুমিত্তা পোকইবা অঙাং অয়াম্বা মনা হুৎনহৌই। নুমিৎ অসিগী অয়ুক্তা মমা অমসুং অঙাংনা হিপ্লম্বা ফক লোক্নুনা, কিনচিংবা থুনাম-লাংনৈ শুদোক চানথোঙ্গা তাইরেন পুংকাইনা হাইদোক্নুনা শেংদোকই। অয়ুক্কী ফক

লোক্তরিগী মমাঙদা পুকনুংদগী হৌরকপা অঙাংগী শম কোক-থোক্তুনা ঈরুজবিগনি। পুম্নমক অসি লোইরগা মুমু অহনা মাইবী, অহল-লম্মচিংবা চাক থাঙদোকই। ঈপান থাবদা য়াওবা নাওকন য়েন্দি থৌরম অসি লোইরগা মাইবীনা পুথিগনি।

ঈপান মুমিৎকী মুমিদাংদা 'বিধি' কৌবা লাই খুরুম্মী। নিপা ওইরগা "লৈরুং তেন্দোং", নুপী ওইরগনা "ফিশা তেম" য়াওগনি। নিপা নুপী অনীমক্কী ওইনদি; লাইরিক, কলম, ফৌদাং, থুম, লীকোন অমা, পৈশা অমা ফৌদাং মথক্তা হাপকনি। অঙাংদি ফক অহনবা মথক্তা ফি অহনবা থারগা হিপহনগনি। মতাং অসিদা মাইবনা (Priest) লাইশোন শোনগনি। মাইবা অমসুং অহল-লমনগী দক্ষিনা তৌদুনা খুরুম্মগা লোইশিল্লি।

ঈপান মুমিৎকী অহিংদি মৈ মুৎপা য়াদে অমসুং অঙাংগী হিপক্ম লুখুমদা লোক-তিন থাকপা য়াদে।

## পাখং লৈশা ফারকপা

খুনগী ফম্নাইবা খাংচেনলাকপনা পাখংলাকপা অমসুং নিঙোন-লাকপদা পাখং লৈশা য়ুমথোঙ য়ুমথোঙ খুদিংগী লৌখৎনবা হায়গনি। পাখংলাকপনা পাখং লৈবা য়ুমশিংদা, নিঙোনলাকপনা নিঙোন লৈবা য়ুমশিংগী মমা মপাদা অসুম্না হায়গনি— "ঙসিদগী নংগী নচা নিপা চাওবা, নচানুপী চাওবীসি পাখং লৈশা কাহল্লসি"। য়ুমগী মমা মপা ওইরিবশিংনসু মচাশিংসি পাখং লৈশা ওইরক্লে খঞ্জবগা লোয়ননা খুনগী অহল-লমন ফম্নাইবশিংগী হায়রিবা য়াথংদু হিক্তোক্তুনা য়াগনি। পাখং নিঙোন লৌখৎপা অসি পাখংলাকপা অমসুং নিঙোনলাকপনা

পাখং নিঙোন লৈবা ইমুংশিংদা অহুম অহুমক হায়জবা চৎনরকই।

খাংচেন লাকপগী য়ুমদা, পাখং ময়াম অনৌবা পাখং কাররকপগী য়ুনচিংবা চা থক্কুনা তিন্নগনি। পাখংশিংনা করিগুম্বা খৎনা চৈনবা থোক্লবদি পাখংলাকপনা ব্রায়েনগনি। খুনগী ওইবা পাখংশিংনা শিজিন্নগদবা পোৎশিংদি পাখংলাকপগী য়ুমদা থমগনি।

নিঙোন লাকপগী য়ুমদসু নিঙোন ময়াম লৈশা কাররকপগী চা থক্কুবা তিন্নগনি। খুনগী দরকার ওইবা মতমদা নিঙোন-শিংদা পাউ চেন্থোকনি।

## ক্লাথা খুনদা লৈবা য়ুম্নাকশিংদি

নিংথৌজম, ক্ষেত্রিময়ুম, তখেল্লম্বম, লাইশ্রম, অঙোম, শোরোকখাইবম তরুক অসিনি।

## য়ুম পানবগী চৎনবী

য়ুম্নাক মান্নবা মশেল লৌনহৈদে নাতুংনৈ। লৌন লৈনবসি চেনবা, হায়জবা মখল অনী চৎনৈ।

### চেনবা

কনাগুম্বা নিপা অমনা মুপী অমা চেল্লুরবদি নিপা ময়ুমনা মুপী ময়ুমদা পাউহনগনি। মুপী ময়ুমনা মুপীত্থ মশানা য়াবরা য়াদবরা হায়বত্থ হায়নবা বাগী মতুংইন্না থন্নরগা হংনীংবা হংবা য়াই। চেল্লিবা মুপীত্থ মশানা য়াবা ওইরবদি মপামদা থিনবা মতমদা নিপাত্থগী ইমুং মনুংগী লৈশাবীশিংনা থিল্লি। চেনবা অমসুং হায়জবা অনীগী থৌরম চপ মান্নে।

হায়রবা

মুপী ময়ুমদা য়ুখোম অহুমক থাগনি। অকোনবগী য়ুখোমদি খ্বাইদগী চাওনা থারগা লোইশিনগনি। য়ুখোম অহুমক থাগ্রবা মতুংদগী মুমিৎ অফবা য়েংলগা য়ুম পান্নবা থললগনি। মরুপ-মপাং, অহল-লমন বার্ত্তন তৌদুনা নিপাহু মুপী ময়ুমদা থিনগনি। নিপাগী শিজিন্নবা ফিরোন্নচিংবা য়াওগনি। মুপী ময়ুমদা ময়াম চনা-থরুবা য়ুনচিংবসু পুগনি।

মুপী ময়ুম য়ৌরকপদা মুপীগী অহন্না ইমুংগী লাইদা হৈথা লৈথাদুনা মীশিং হেনগংলকপগী অফবা ওইনবা পাউ তাক্তুনা খুরুমগনি। লফোই ংওথোকপা অমগা লৌবুক লাংথেংগা য়াওগনি। নিপা ময়ুমগী অহল-লমন মুপীগী অহল-লমনশিংদা খুরুমজগনি। ময়াম পুম্নমক চামিন থকমিন্নরগা লোইশিনগনি।

য়াওংইনবা মুমিৎকী নোংঙাললকপদা য়াওং ইল্লিবা নিপা অহুনা য়াহৌওন্না হৌগৎতুনা শুমাঙনচিংবা শিন্ভোকনি। মকুবোকী চীন মাই শেংনবা খুজাই ঈশিং হাপ্লগা পৈয়া অমগা মাঙ্গোন্দা থমগনি। থৌরম অসি নোংমগীদনি।

য়াওং ইনবসি নিয়মগী মতুংইন্না চহি মরি মপুংফানা লৈরগা মঙা চংলকপদা নিপা ময়ুমদা চৎকনি। য়ানবগী মতুং-ইন্না চহি অমা নত্রগা অনৌদা য়াওংইনবসু য়াওই। নিপানা মুপী ময়ুনদা য়াওংইন্দুনা লৈম্নিঙৈদা তোঙান চাবা য়াদে। নিপা ময়ুনগী অহল-লমনশিংনা চহি শুরুবা মতমদা মচা মনৌহু লৌরগে হায়রবৈ।

য়ুমথোকপা

য়াওংইনবা মতম লোইদুনা নিপা ময়ুমদা মুপী য়াওনা চংপবু য়ুমথোকপা নত্রগা লুহোংবা কৌই।

য়ুমথোকপা অসিস্থ নুমিৎ থা অফবা য়েংনৈ। শজিবু, থবান, বাকচিং থা অহুম অসিদি য়ুমথোকপা তৌনদে।

মৌ থিনগদবা নুমিত্তা নিপা ময়ুমগী নুপীশিংনা পরেং লেংহুনা চান থক্রবা পোৎ-চৈ নুপী ময়ুমদা পুরক্কনি। মাঙ-থাবদি সনামহি, লৈমরেন, নোংপোক নিংথৌ অহুমগী হৈরুক অহুমনা মাঙ থারক্কনি। মাঙ থানা পুরিবা অসিদি পু-পাং কায়দবা পাংশোয় নাইদবা মীনা ওইগদবনি। মাইবনা য়েংবগী মতুংইন্না কুচু ভৌবা মীনা নত্রগা কুচু মুবা মীনা মাঙ থারবদি অফবা ওইগনি হায়বগী থাজবস্থ লৈ।

## পুরকইবা পাৎশিংদি

খুন অপুম্বা চাবা কোম্নবা কবোক, য়ু খরুং তরা, হৈনীং-হৈক্রু, লফোই চাবা কোম্নবা, সোদোম লৈ, ওক য়াওগনি। ওকতি নিঙোল মবানা পুগনি। ইমুং মন্নুংগী মরুওইবা মীশিংদা পিনবা খরাই অমমমদা লফোই, কবোক, সোদোমলৈ হাপ্তুনা পুরক্কনি।

## নুপী ময়ুম

নুপী ময়ুমদা নিপাগী পোৎ-চৈ থুংলরে। নিপা ময়ুমদগী পুরকপা হৈরুক নুপী ময়ুমনা ওক্লে। পোৎ পুরক্কনি হায়বা মীশিংগী মতুংইন্না পোৎ ওক্লবা মীশিংস্থ চপ চানা শীংনহুনা থমনৈ। হৈরুক পুরকপা হৈরুক ওকপা অনীমক নুপী ময়ুম্মা মখোয়গীদমক কা তোঙাম্মা লানগনি।

নিপা ময়ুমগা নুপী ময়ুমগা খুরুম্নগনি। মহুদা নিপা ময়ুম্মা অম্মা হায়নৈ। "ফিগা লৈগা ওম্নসি, খরাইগা পুখমগা ওম্নসি"। খুরুম্নরবা মতুংদা নিপাগী মপাং অমা নুপীগী মপাং

অমা পুখম তোঙান তোঙান্না য়েন থোংহনা চাক পিজগনি। নিপাদা পোংয়েংলবগীদমক পোংলোকপা নিপা অমা থমগনি। নুপীগী পোংয়েং লাকপগীদু নুপী পোংলোকপী অমা থমগনি। উনগাদৌরিবা ফিশিংদগী নুপীহনা অপাম্বা খল্লগা মপাদা ঙবোং অমা মমাদা ফনেক অমা কংকনি অহুগা মতৈ মনাও অনীমক থুরুমগনি। য়ুমথোকপা মতমদা ইমুং থংবা থোঙজিন্দা লারাক অমা মপান থংবা থোঙজিন্দা লারাক অমা থাগনি। নিপাগী মপাং নুপীগী মপাং মংলায় মরিমক লারাক অনীহদা ঙহাক ঙহাক লেপ্পমগনি। মাইনা লাইশোন শোনগনি। ময়াম পুন্নমক্না নিপা মংমদা থিল্লক্লে। চামিন্নখিবা মপাং অনীহু নিপানা নিপা মপাংদুগা নুপীনা নুপী মপাংহুগা লেঙ্গোন্নহনা মাং থানা চংকনি। চেং থন্না হাপ্লবা চেংফুগা লোয়নন পোংচৈ ময়াম নিপা ময়ুম য়োনা থিল্লক্লে। নিপা ময়ুমদা থুংবগা পোংলোকপশিংনা পোং ওক্লে। নিপাগী মমা মপাহু মতৈ মনাও মপাং অনীগা থুরুমলে। মমৌগা লোয়নরক্লিবা মপাং অহুগনা মনেম মকুগী মথোঙ হামদোকপিগনি। থোঙ-হামদোকপা লোইরগা নুপীহুনা মনেম মকুদা ফনেক ঙবোং উপকনি। নুপীগী উল্লকইবা পোং মখৈ মচেগা মতৈগনা পোংমশীংহু মীয়ামদা থঙহনগনি।

## চাক্কৌবা

নুমিৎ হুমনি শুবদা নুপী ময়ুম্না চাকৌগনি। নুপীগী মমান্নবীহুগা নিপাগী মমান্নবহুগা মথোয় মরিদা কৌগনি। নিপাগী মমান্নবা নুপীগী মমান্নবী অনীসিদা থুদৈ অমমম পিগনি। চাক্কৌবা নুমিৎ অসিদা পোংয়েংনচিংবা রাংহৌবা পুন্নমক পিবা য়াই। চাক চাবা লোইরগা নিপা নুপী পুন্না হনমিন্নগনি।

## মুংথোঙ পুবা

কনাগুম্বা ইমুং অমা মপা শিগ্রবা মমা লৈহৌবা নত্রগা মমা মপা অনীমক শিগ্রবদি ইমুংসিদা লৈহৌবা নিপা অসিবু য়ুমথোঙ পুবা হায়না কোই। মথোয় অসিদি চহি অহুম য়াওংইনগনি। নিপা মুপী কায়নবগী কোংবদি লুপা ২৫ ওইরম্মী। কায়নবদা অউনপোং মশীংচোংপা য়াদে।

## কোরাৎপা

পোইন্থু অমস্থুং রাকচিং থাদা কোরাৎলি। মফমদি অরাংথংবা পন্থোঙ, খা থংবা পন্থোঙ অনিমক্তা ঈরাংকনি। ঈরাংলিবা লাই অসি হনুকোকচাও, হনুলৈখম কৌবা লাইবু য়েন, য়ু য়াওনা খুরুমহনা কৎচবনি। হনুকোকচাও কৌবা লাইবুনা লৈশেমখৈদা হান্না শেমখিবা খুন্দাহনবা মীনি হায়না থাজনৈ। হনুলৈখম কৌবনা কুম কুম খুদিংগী কোন্না শিবা মীনি হায়না লৌনৈ। লাইশিং অসিবু খুরুমজরিবদি লম অসিবু মুংঙাই য়াইফবা পিবীনবনি। অরাং থংবা পন্থোঙদা হান্না খুরুম্নগা মথা থংবা পন্থোঙদা লোইশিনগনি। ঈরাৎপা অসি মুপী অঙাং য়াওগ্রবমু মাইবা, খুনগী মীওই খরগনা পাংথোকই। য়েন অমা শেমহনা চবানফু অনি থোংগনি। খুনগী অফ-ফত্র থোক্লকদবা খুদিংমক য়েনগী মরিন অমস্থুং চবানফুদা য়েংলগা মাইবশিংনা খঙবা ঙম্মী। থোংলিবা চাক য়েনশাং পুম্নমক চৎলিবা মীশিংনা চাই। মুমিৎ অসিদা লম্বী অমস্থুং ঈশিং-খোং মুপী নিপা হৌদুনা শেংদোকনি। ঈশিংখোং অনীগী লম্বী অমস্থুং ঈশিংখোং শেংদোকপা লোইবগা ঈশিংখোং অনীমক ম'ইথনা য়েরুম খয়োম লাকনি। অসিগী মতুংদা খুনগী খুনয়াইদা লৈরিবা থেনবুং, থাংজকম য়ু হৈগনি।

থোরম অসি লোইরবা মতুংদগীদি খুনগী য়োং থাঙ শাবা য়ারে।

## পাম য়ানবা অমসুং পাম থাবা

য়োং থাঙ শাগ্রবা মতুংদা খুনগী পাম্নৌ য়াল্লে। পাম্নৌ অসি চহি চহি খুদিংগী হোংহনা য়াল্লি। মাগী মাগী লৌরুমসু মপা মপুদগী চংথরকপা মফমদা অহুম উনৈ। মী অমগী পুন্সিগী থৌদোক রাথোক, চহি, পাম্নৌ য়েংলগা খঙবা ঙম্মী অমসুং নিংশিংনৈ।

পাম্নৌ য়াল্লবা মতুংদা থা অহুম মরি পামফৌনৈ। মপুঙ ফানা কংলবা মতুংদা খুনগী লেপ্পবা সুমিংকী মতুংইন্না পুন্না পাম মৈ থাই। কনা কনাগুম্বশিংনা হৈজবা লাইরা শোন্দুনা মাগী মাগী পামদু ফজনা চাক্লবা মৈ থৌনৈ।

পাম থাগ্রবা মতুংদা চাক্তনা লৈহৌবা উজেক খুন্দোক্তনা মফম চানা চানা থম্মৈ মসিবু পাম খুনবা হায়না খঙনৈ। পাম খুল্লবা মতুংদগী লৌশঙ শানরে।

## ইঙা ফৌথিং তাবা

পোইন্নু রাকচিংদা তৌবগুম্না পম্থোঙ অনী কোয়াংকনি। কুম কৌবা লাইগীদমক পম্থোঙ মনাক্তা শঙ অমা খনগনি। অরুবা মহৈ মরোং পিথিনবা, তিন কাঙ মরাই তাদনবা, নোংজু সুংশা ফনবা, অনা অয়েক থোক্তনবা; ইন শেগাইবা, ফৌরাম, য়েরুম অহাম্বা, লীকং তেন্দোং, পাই মচা অমা য়াওনা য়েন্না ঈরাংকনি।

ইবুংথৌ নোংপোকনিংথৌদা কংথিবা ফৌথিদি খুনগী য়ুমথোঙ খুদিংদা ফৌ হুনবা য়াওনবা থন্না থন্না য়েনগনি।

লাই খুরুম্বগী থবক পুম্নমক খুম্লাকপনা পাউ চেনগনি। লাই খুরুম্বা খুদিংগী ফোদাং, শেল য়াওগনি।

কাংথোক্লগা লৌগী লাই খুরুম্বা মথল অহুম চংনরকই। মতুদি :— লৌরাংপা, ফৌচরোং পুবা (ফৌওইবী খুরুম্বা) অমস্তুং ফৌ কৌবা অসিনি।

## ফৌরাংপা

য়ু থরুং অচৌবা অমা থিংলগা খুল পুম্বা পিথক্কনি। মাইবনা লাইগী খৌরম পুম্নমক তৌগনি। লাইগী য়ু হাপ্পবা য়ুখোম য়াওগনি। য়ুখোম তুম্পা অসি মুপী মখোম মাম্রবদি য়াদে। অসিগুম্বা তুম্পা অসি ইমুং অতুগী লৈত্রবদি মাগী শাগৈদগী লৌগনি। শাগৈ নত্তবদগী লৌবা য়াদে। শাগৈ ওইবা মশেল ফাওবা য়ুখোম অসি কয়া পিথোক্লনীংদে। য়ুখোম অসি পিথোক্লবদি; ফৌ ময়েং তাই, ফৌথোক রাংলি হায়না থাজনৈ। লাই খুরুম্লিবা লৌফম অতুদা কোম অমা তৌগনি। কোম অতু য়াম্না নাম্না তৈথোক্লনা ইমুং অতুগী মী মশাংগী মতুংইন্না লৈবুং অতাবা কোম মনুংদা থমগনি। কোম মথক্তা মুংপাক্লা চেকশিন্না খুমজিনগনি। লৈবুংদি শাই-রোং মরুমুক চাওনা লৈবাক্লা তারগা শেম্বনি। লৈবুং থমফমদা লফু য়াইংং থাগনি য়েরুম থুগাইরগা থম্নমগনি। ফৌ মখোঙ কংহনা ফৌ ফত্রবদি য়েরুমদা য়াওবা মহিনা চাইরবদি ফৌ ফৈ হায়না থাজনৈ। লৌ লোকপা লোইরগা, খুমজিন্দুনা থমখিবা মুং অতু ফুক্তোক্কনি। কোম মনুংদা থমলিবা লৈবুং অতু মশীং রাংলবদি মী শি হায়না থাজনৈ। য়ুম য়ৌরগা মচা মগুশিংদা শিং গুরগা য়ুপালোন থাহনা থরাই মি কৌরগা শিং থজিক থজিক্কা য় থাজক থজিক্কা চাহন থকহনগনি।

## ফো চরোং পুবা

মুম মনা, ফোনা থৎতুনা য়ুমদা পুরক্কনি। য়াংকোক্তা য়ুখোম্নচিংবা পোৎচঙ চৈচঙ হাপ্পগা ফোমি কোগানি। য়ু থরুং অমা খিৎলগা ময়াম থক্কনি।

## ফো কৌবা

লৌ য়ৈফম ফকথক্তা ফো মফম অহুম খিন্দুনা থমগনি। লাইগী য়েন্দি য়েন অমুবীনা শরেন কৎকনি। য়েনগী থিবোং-থরিন্দা খুদম চাংদম য়েংগনি। ওক থোংহনা চাকথাঙ য়ু-খাঙগনি অহুগা মীয়াম চঙহনা ফো য়ৈগনি। 'হৈ হোই হৈ হা' লাউহনা ফোওইবাগী ঈশৈনচিংবা তান্থা চানা শকতুনা ফো-য়ৈনবস্থ য়াওই। ফোয়ৈবা লোইরগা লৌদা লৈবা ফোশঙদা মীয়াম চঙনা হৈজিনগনি।

## ফো হোনবা

লৌ লাৎপশিংগী ফোশঙদা মাইবগা য়ুম্নুগা চৎতুনা য়েন য় য়াওনা থুরুমহনা থোংঙগনি। অথোঙবশিং অহু য়ুমদা তংখাই অমা পুরক্লগা খুনগী য়ুমথোঙ খুদিংদা খরা খরা য়েনগনি। অস্নুয়া লৌ লাৎপাশিংগী য়ুপান থাবা লোইবদগীদি লৌগী ফো য়ুমদা হোনবা য়ারে।

লৌখাওবা য়ৈবসি কনাগুম্বা অশোন অনা য়াওবশিংগী লোইশিনহৌদবা য়াওরবদি খুল্লাকপনা খুন্দা পাউ চেম্মোকতুনা লোইশিনমিন্নগনি। লৌ লোইদবা য়াওরবদি ফো হোনবা য়াদে।

য়ুমগী কয়দা ফো হৈজিনবা মতমদা খোইজু লৈখাম্নচিবা মৈ ওকতুনা খুরুম্নে।

## শা ফাবা

ক্বাথাগী মী অমনা শা ফারব্রবদি; মমাঙথোঙজিন্দা শাকোক লাংথূনা খুরুমগনি। শাকোক অহু ফমগী মকোক নিপান্না চাগনি। থাং, তেন, তানচিংবনা থিন্দুনা ফারবদি ফারিবা নিপা অহুনা মাঙ থঙহুনা থেনবুং কোয়গনি। মীয়াম চঙহুনা শা ফারুরবদি মকোক কবাক খন্দুনা পুম্নকনি। খূন য়ৌদরিবৈডেদা শা অহু থেন্দুনা থমগনি। শা ফাবা চৎমিন্নরিবশিংগী মরক্তগী অমনা খুন্দা চেল্লক্তনা পাউ তম্নগনি। পাউদি — হান্না খুংলাই থারিবা মীহুগী মমিং হায়বদি "হোংবা চাওবনা শা ফারে"। অহুম্না পাউ তমগনি। খুনগী মী পুম্নমক পুং-শেল য়ৈহুনা থেন্দুনা থাম্নবা মফমদা চৎতুনা ওকলুগনি। খুন য়ৌরব্রগা শাফাবনা মাঙ থাহনা থেনবুং কোয়গনি। থেনবুং কোয়বা লোইরগা য়ুমদা চঙগনি। শা ফাবগী শাগৈ নাতৈ নিঙোন চম্নুশিংনা য়ু লানগনি। খুল্লাকপনচিংবা অহল-লমন পুম্নমক পুন্না চাক চানিন্নগনি। শা ফাবহুনা অহল লমনশিংদা খুরুমজহনা বর নিগনি। অহল লমনশিংনা অফবা অহেনবা লম্লৌ খুম্নৌদনবা বর পিগনি। থেনবুং কোয়বদি তানচিংবা খুংলাইনা হাংপদনি থেনবুং কোয়গদবা। কৈনচিংবা শাথৌ ঙাথৌ ফারবদি থেনবুংদা মকোক ফুমগনি। ময়াম তিম্নহনা থাকপা লাংদা শা থুরবদি, লাং থাকপগী মকোক চিংলিবা নিপাহুগী য়ুমদা চাগনি।

## ক্বাথা খুনগী শিবদা তৌগদবা থৌরম

হিংগলি হায়বা থাজত্রবা অনাবহু ফম্মেন ফমজাও মনাক্ত। হিপফম শেংহুনা থবায় লানবীগদবা মাইবনা অম্নোইবা মতম্ফাওবা মিকুপ নাহুমশিংনা শেম্নগনি। অম্নোইবা মতমদা

মাইবনা মিচুন থাহুন যেংহুনা থরায় লাকবীগনি। অশিবা হককচাংহু খাংঙেনফম হায়বদি ঈমুংগী য়াঙ মপাগী য়ুময়াইদা কেংম অমা তৌরগা কোম মপান্দা ঈরুজথোকপিগনি। ঈরু-জবা লোইরগা ফি হুনবা শেংপিগনি। ঈরুজবদা শিজিন্নরিবা ফশিংদি মশাগা কোম্নখিগনি। খাংঙেনফমগী কোম মথক্ত ফক অমা থারগা মায়থা মদোংন অহুম কৈজুপ মরোংন অহুম শুপ্লনা হিপহনগনি। মাসবু খাংঙেনবা কৌই। কু পুশিল্লক্তুনা মীয়াম্না ফক্তা কোম্নবা অশিবহু কুদা হাপ্লগা কোম মথক্তা থমগন। (মতাং অসিদা অশিবা মী অমনা শীকপলোন শরুই)। ঙাথাগী য়ুমশিংদি মময় নোংপোক নম্রগা মথা ওল্লি, অতোপ্পা মায়কৈদা ওনবদি মতে হায়রুনা তৌনদে। খাংঙেনফমদা লৈরিঙৈদা নোংপোক ওনবা য়ুম ওইরগনা অশিবহু মকোক্তা নোংচুপ্পা ওনগনি। মথা ওনবা য়ুম ওইরগনা মকোক অৱাং ওনগনি। খাংঙেনালঙৈদা চুপথোঙ মরি য়ৎলগা ফি অভোবনা মথক্তা থল্লি, মসিবু কায়খুনফি কৌই। খুজিন খুম্না ককাখবশিং অশিবা মীগী ইমফিদ পুনগনি।

অশিবদা উম্ননবা খমন্নংলৈ কৌবা অমা য়াওই। লৈ অসি বাগী পজেং অমদা চিথেক নাইনা লং অমুবন্না ময়ায়ম অনগং লং অঙাংবা অহুগা অভোবনা মতাই ইথংথংনা লোইশিনগনি। অশিবা মীগী মনাদা লৈ অসি মপালনা তুংথংনা থেংকনি। খাংঙেনফমদা লৈরিঙৈ, য়ুমথোঙ য়ুমথোঙগী মীশিংনা ময়ুমদগী অশি চেংজেন পুরক্তুনা কোক্তগী খুয়াফাওবা চাইগনি। চাইবগী অয়েম্বা থরা থরহুনা অশিবগী লুখুমদা থম্বা লুক্তা হৈজিনগনি।

অশিবা পুথোক্লমদাই মতমদা য়োং খিংগনি, পুং শেলবুং যৈগনি। য়োং খিংবা অসি নিপা ওইরগা য়েংথংবা খুয়াগী

চুপখোঙদা ফজনা পুল্লগা খিংবা য়ানবা থমগনি। মুপী ওইরগা ওইথংবা খুয়'গী চুপখোঙদা খিংবা য়ানবা পুল্লগা থমগনি। অশিব পুখোকপৌরে হায়বা মতাংদা খিংনবা য়োং অনীহু কু মমুংদা হাপ্চিনগনি।

অশিবা পুখোক্তুরিঙৈ মমাঙদা পিবা নত্রগা ইমুং-মমুং শাগৈগী মরুওইবা মী অমনা মৈকোয় চফু ঈশিং শোল্লগা মংফম হায়া য়ৌগনি। মৈকোয় চফু পুরিংদা খুল্লক্তা মমায় ওনশিনহৈদে। মংফমগী শীং শেম্বিবা কাংবুনা পুখোকপা য়ারে হায়বগী পাউ লাল্লগা অশিবহু পুখোকনি। অশিবগী সেবাদি পাখংকাবা মথৈনা ভোগানি। অশিবা থাংদোকলমদাইদা কুহু মপাল্লোমদা ইম্বোক্লমগা ইমুংদা অমুক ইনশিনগনি। অমুক ইম্বোক্লকপদদি মী মরিনা কুহু থাঙক্তুনা নাকথ অশিথোঙদা পুখোকনি। মুমগী চুরিদা শেল চাইরগা মংফম য়ৌনা পুগনি।

চুপখোঙ মরি য়ুংলগা মুপীনা শীংখন তরুক নিপানা শীংখন মঙা খনগনি। অশিবা হকচাংহু শীংখম মথক্তা থাঙৎ-লগা চুপখোঙ মরিগী অকোয়বদা লংহিংনা, নিপানা মঙারক মুপীনা তরুক্তুক য়েংকনি। হায়া ইমুংদগী মৈহম মৈকোই চফু পুখরিবা নিপা অহনা মংফমদা মৈ তোঙাম্না হৌগৎলগা থমগনি।

## মৈ কোয়বা

মৈকোয় চফুনা মাঙ থাহনা থাং মৈরা পায়বনা চুপখোঙ খুদিংগী থেংগনি। মুপীনা তরুকলক নিপানা মঙারক কোয়গনি। হকচাং লোইশিল্লগা মঙ্গারকনি।

## মঙ্গারকপা

মঙ্গারকপদা মৈ ওকখোক্তুনা তাইরেম্না হায়দোকনি। অনম

অহা কোক্কনি। অশিবা ইমুংগী মীশিং মঙ্গারকপগী তাইরেম্মা শেংদোক্তরিফাওবা অতোপ্পা শাগৈ অমগী য়ুমদা চংউরবদি মাংই হায়ত্তুনা চঙনদে।

মঙ্গারক্লগা অহল জমনশিংনা মংকুম য়ু থকতুনা, খাঙেনফমদা ফি অঙৌবনা হবচাং শাত্তুনা মুমিদাং অমথক থংগনি। পোলাং মচা অমত্তু শাত্তুনা নাকথদা য়াম্দুনা অশিংগীদমক অয়ুক মুমিদাংগী চাক য়েনশাং হাপকনি। মসি থাশি চাক থাদরিবফাওবা তৌগনি। লোইরগা নোংচুপতা হুন্দোক্কনি। মঙ্গারক্লগা খুনগী চঙলোয়না "মৈরিং মৈথান চঙও" পাউজেন্দুনা অশিবা ইমুংদা পাখং লৈশা তিন্দুনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই। মুমিৎ নিনি তৌনৈ।

মুমিৎ হুমনিদা মংথোঙ হাঙই। মাইবা মাইবী ইমুং মঙ্গুংগী মীনা অশিবগীদমক্তা অচা অথক থম্মুই।

## অশি চেংজেল

অশিবগী কংলবা চেংবু অশি চেংজেল কৌই।

## অশি য়ু

লেমহৌবা অশি চেংজেলনা থোংবা য়ুবু অশি য়ু কৌই। য়ু অসি মঙ্গারকপদা থোংগনি। থাশি চাক থাবদা শিজিন্নগনি। চাথম নাওথমদরিবা মীনা থকপা য়াদে।

## থাশি চাক

থা শিগদবা নোংমা য়াংজিদৈদা অশিবগী চাক থাববু থাশি চাক কৌই।

## য়োং খিংবা

চীংদগী য়ান্নবা য়োংপাক (চীংয়োং) মচানি। নিপা ওইরগা য়েংথংবা থুয়াগী চুপথোঙদা অনী পুল্লগা য়ৈগনি। নুপী ওইরগা ওইথংবা চুপথোঙদা পুল্লগা অনী য়ৈনগনি।

চাথম নাওখমনবা নুপীদি মংকুপা চৎপা য়াদে। (চৎনদে) য়ুমথোঙ খুদিংগী মঙ্গারকপদা মৈ ওকতুনা তাইরেন্না হাইদোকনি।

## শাবুক ঙাবুক্তা শিব (লমপি)

নিপা নল্লগা নুপী ওইরবসু লমহাংদা মীশি চাদনা শিরবদি য়ুমদ পুশিল্লরোই। হকচাং অহু চুন্না শিবগী পোৎলোইফম মংলেন্দ। তিনবা য়ারোই। মীশি মওং অসিগীসু য়ুম্লাক য়ুম্লাক্কী মংফম তোঙান্না লৈ। মাগী মাগী মংফমদা অশিবা হকচাং অদু মকোক অরাং ওন্না ফুমগনি। মংফম লান্নবা তৌহৈদে মঙ্গারকপদা মৈ ওক্কনি। মাইবনা খুন পুম্নমক তাইরেন্না হাইদোক্কনি। চুক শাবদি নুমিৎ তরানিদা শাগনি। ফিরোই শোরাংতি চুন্না শিবগা মান্নে।

চহি অহুম শুদরিবা অঙাংদি লৈশাক্তা ফুম্মী।

## ফিরোই (শোরাং)

কাথাদা অশিবগী তৌফম থোকপা পুম্নমক ফিরোইদা লোইশিল্লি। মতমদি ফিরাই শোনগদৌরিবা ইমুংগী খুদোংচাবা মতম য়েংলগা তৌই। অকক্নবা মতম লৈতে, তৌগদবা নুমিৎ অতাদি থবানমিচাক অচং অথোকনচিংবা য়েংনৈ।

ইমুংগী পিবাম্না নোংমা থাংলিদৈঙদা নুমিদাংদা খুনগী মীশিংদা ক.ন। বার্তন চংলি। নোংঙাল্লগা চাক থোংফমগী মৈফম

মাইবনা হৈ-লৈক্বা, শেল হাপতুনা শেম্মী। অক নত্রগা শন্দং হাংলগা থোংই। পাখং শীঙেলনা শা থোংই। লৈশানা চাক থোংই। মনুংশাদি মরোই য়াইঙং থাক্তনা অশি চাক মাইবা মাইবীনা তোঙাম্না থোংই। চাক থাবদি মাইবা মাইবীনা নোংচুপ থংবা য়ুমগী চুরি তাফম থরা হেন্দোক্লগা চাক য়েনশাং ক্বানচিংবা হাপ্পিংবা হাপ্পা য়ারে। অশিবগী চাকথাদা য়াওরিবা খুদিংমক লোয়নবগী চাকথাদসু য়াওগনি। অশি চাকথাদি মুমিৎ থোক্তরিঙৈদা মাইবা মাইবীনা হান্না থাকদোককনি। ময়ামগীদি চাবা মতম য়োৌরগা চাগনি। চাবা থকপা লোইরগা অহল লমনশিংনা ফি থাগনি, নহাশিংদি শেল দক্ষিনা তৌই।

## ক্বাথা হরাওবা

কাথা খুনগী লাইদি কালেন লাইনি। মফম অসিদা উমংলাইগী লাইশঙ অনী লৈ। লাইশঙ অমনা নোংপোক নিংথৌ, পাম্থোইবী; অতোপ্পা লাইশঙ অমনা নোংপোকনিংথৌ অমসুং শংত্রিক চংনীংখোম্বীগীনি। মপুঙ ওইনা হরাওবগী কুম্মৈদি নোংপোকনিংথৌ অমসুং পাম্থোইবীনি। লাইশঙ অনীসি খুনগী অরাংথংবা পম্থোঙ ময়াদা মমায় নোংপোক ওন্না শাহনা থম্মী। লাই মরিমক্কী কোনমাই লৈ। কোনমাইশিংসি হরাওরমদাইদা ফজনা ফিজেৎ লৈতেংই। লাইকোন অসিগী হরাওবুং থেন ফজনা লৈ। হরাওবা মতমদি খুনগী পাম্মৌ থংবা কালেন থাগী পানথংলকপা মতমদা হরাওনৈ। য়াম্না শাবা মফম অমসুং মতম ওইবনা মুমিদাংগী চাক চারগা মুনিং তারমদাইদা লাইবুংদা কানরক্তুনা হরাওই।

লাই হরাওবা হৌবগী মুমিৎ অসি মাইবা অমসুং খুনগী

অহল লমনশিংনা তিনচা লাইচা য়েংহনা অফবা মুমিৎ অমদা হৌই। লাইগী চংগদবা মপোৎ মচৈ পুম্নমক লাই হৌগদবা মুমিৎকী মমাঙদা হান্না লাঙাশন্দুনা থমগনি। লাইগী থৌরমদা সেবা শৌগদবা অন্নাপ্পদা মৈনা মীশিংস্থ নোংমা বাৎলিংদা য়ৌরনবনি মাগী মাগী শাগৈ ভাইরি থিনহনা অয়াম্বা মুমথুংনৈ।

## লাই হৌবা মুমিৎ

অয়ুক ভন্না মাইবা লাইশঙবনচিংবনা লাইথোঙ হাংহনা শেংদোক্লবা মতুংদা লাই মরিমক্কী কোনমাই ঈরুশানদেংগনি। অসিগী মতুংদা কোনমাইশিং অসি ফিজেং লৈতেংবগা লোয়ননা লাইগী হৈথা লৈথানচিংবস্থ থাবা লোইশিনগনি। লাইগী ফিজেং লৈতেংলিঙৈ মমুংসিদা দোলাইরোই অমস্থং নিংঙোন মবানচিংবনা দোলাই ফজনা লৈতেংগনি। কাথা খুনগী দোলাইদি ফ অঙাংবনা নাক, য়েং, তুং কুপশিল্লি। লাই-কোন্দগী দোলাই থাংদোক্লনা লৈতেংবা হৌবগা দোলাই লৈবাক্তা তাবা য়াদে। দোলাই মখোঙ মরিমক্তা লা অমমম থাগনি। দোলাই পুবা (দোলাইপাবা) মী মরি, দোলাই শেন্নবা মী মরি লৈগনি। মতমসিদা ফন্নাইবশিংগী ফি খোমলুহনা মথং মনাও নাইনা থাগনি।

## লাইকৌবা

লাইকৌবা চংলমদাইদা হায়বদি দোলাই থাঙ্গংলমদাইদা নোংপোক-পাম্থোইবী খুরুমগনি। খুরুম্বা লোইবগা দোলাইনা মাঙদা চংকনি। মতুংদা য়েনতু ফিরাম্না মাঙ থাহনা লাইগী পোৎলোই শেনপোৎ চোঙ পেনা অসিনচিংবমা মথং মথং চংকনি। লাই কৌবা চংপা মতমদা পুং শেলনচিংবা করি-

গুম্বা অমত্তা য়ৈবা খোংবা য়াদে। তুমিন তুমিন চৎকনি।

## লাইকৌফম

লাইকোন্দগী অরাংরোমদা খরা চৎলগা লৈ। অচৌবা তরুংখোংনাং অনী হৌই। খোংনাং অনীগী কারক্তা লাই কৌফম উগী কম্বাক শেমদুনা থম্মী। উ অনীগী কারক্কী অহাংবা মপাসিগা নোংপোকনিংথৌ-পান্থোইবীগী খুভম অবাংবা চীং অহুগা চানহল্লি। খুভম অতুদগী ইবুঙো ইবেম্মা অনীবু হরাওবা য়াওনবা কৌবনি হায়না থাজনৈ

লাই কৌফমদা ময়াম পুম্নমক থুংলরে। মাইবা মাইবী লাইশঙবনা লাইগী লাংথৈ, লৈহুন লাতোন অমদা হুল্লে। লৈহুন হুনবা মতমদা মাইবা, মাইবী, লাইশঙবা অহুম্মক লারাক অমগী মথক্তা লেপকনি। দেলাইনচিংবা লৈহুন হুনফম মনাক্তা নকশিন্না লৈগনি। মাইবনা শরিক খিংদুনা লাইকোগনি।

## লাইরোন্দি

হে গুরো! নোংপোক গুরু শিদবা।
তরেং পুঙমাইগুম্না অচোনবা।
বারক নীংনাংগুম অপিশক।
হুইরি তোনবা খাংচেংবা, লৈশংখেকবাইবা
কাংথোন লৈনৌবা, হামেঙ মচাগুম তুনৌবা,
য়াও মচাগুম্না তুনাল্লিবা,
অবাং চাকচানবা, অবাং খুথানবা,
অফিং চাকচানবা, কবা লৈওইনবা।
নোংথৈ, মউ লীংবা,
লোইচীংদা থায়াইবা, লংমাইদা থাদোকপা।

তিমেন হুম্বান লোঙববু, খুংগু খুংওইনরিবা লাইয়িংথৌ।
শম্মাং নংগী যটান্নুংদা, গঙ্গা লাইজ ঈপুবা,
তেন্দোং নমদা পোবা, কাঙ্গম য়াদ চিকপা,
সনা লুফৈ খেৎপা, থমগোন ভাইরোয়নবা লাইয়িংথৌ
লৈচিন খোঙনেৎনবীরকও, পাচা কুম্মৈ শাম্মনা
খেলা পুঙ্গোই লেপলসে, শীংঙেন লৈকান্নুংদা
দোলাই লেংজাওথক্তা তোংবীররো লাইয়িংথৌ।

হে গুরো! মুংথেন লৈমা পাম্গোইবী
মুংনাং লৈমা ব্রাংঙম্লোন, নপাম হৈম্লাম মাঙদা,
নংদাম পানফরিবা ইবেম্মা।
নপাবুম্নু মৌথাদ, নহবুম্নু তাংশক্তা,
অঙাওবদি মাঙওইনবী, অশিংবদি ভুংওইনবী,
ওইনম্বদি খুক্তাগু, মুংশিবদি থাদা খেৎপী।
মাঙলম শমজি কিরগা পম্থৌ হায়না পাওকৌবা।
ভুংলম শমজি কিরগা পলেম হায়না পাওকৌরিবী লাইয়িংথৌ।
লৈচিন খোঙনেৎনবীরকও, পাচা কুম্মৈ শাম্মনা
খেলা পুঙ্গোই লেপলসে, শীংঙেন লৈকান্নুংদা
দোলাই লেংজাওথক্তা তোংবীররো লাইয়িংথৌ।

লাই কৌরিবৈ মন্নুংদা শরিক খিংগনি, পুং শেল য়ৈগনি, পেনা বাশি খোংগনি। লাই কৌবা লোইবগা লাতোন্দা য়াওরিবা লৈহুন লাংথৈ, লাতোনগা লোয়ননা দোলাই মন্নুংদা হাপকনি। লৈহুন হেক হাপথিবগা দোলাইহু কেৎ-কেৎ চিংহুনা ভাওদা চোংদ হরাওগনি।

ইমা ইবেনশিংনা লাই কৌবদা শকপা ঈশৈ

হি-থিবা, হিথিবা, হিরাম্নরোদা।
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাবা হিরাম্নরোদা।
হি-থিবা - হিথিবা - হিরাম্নরোদা।
লাইয়িংথৌ নোংপোক-মহাবা হিরাম্নরোদা।
হি-কুম্বা - হিকাবা - হিরাম্নরোদা।
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাবা হিরাম্নরোদা।

লাইগী মতুংদা ইন্নরগা শকপা ঈশৈ

হোরি-হে নারায়ো, রাম কৃষ্ণ নরায়ো
গো-বিন্দে রামো রাম, হোরিহে রাম।

খুল্লক্তা চেন চোংদুনা শাম্নরম্নগা লাইকোন্দা চংলক্লুনা লাইশঙ মন্নুংদা দোলাইদগী লৈহুন লৌথোকতুনা থাগনি। দোলাই পাবা মরিনা লাইশঙগী মথাথংবদা লৈবা দোলাই-থম্ফম শগাইদা দোলাই থমগনি। লাইদা হৈরুক কারগা লাই-বাও চেনগনি। লাইবাও মন্নুংদা ওক অমা, য়েন অমা শরেন কৎ-কনি। হৈরুক হেক কখিৎদগী ফম্নাইবশিং ফমফমলাংদা ফমগনি।

শরেন কৎপা

লাইমাংদা নিপা মরি মঙানা ওক্লাকচৈনা ওক লোংনা চপতুনা হাৎকনি। নিপা অমনা য়েনগী মঙক চেকতুনা হাৎকনি।

য়েনগী খুদম-চাংদম য়েংনবা মনীংদা মৈ থারগা থাংনা লেন্দুনা মথিবোং মরিন লৌথোকই।

কাথাগী লাইকৌবদা থরোম লাক্লে, কোনয়াই হুন্দে।

কম হাপ্পদা কোনয়াই হুল্লি। কোনয়াই হুনবগী মওংদি য়েং-
থংবা খুংনা সনা লুপা পায়রগা লাতোল্লোঅদগী হুনগনি
সনানা মথক কায়বদি কৈ, লুপানা মথক কায়বদি ফত্তে।

## কোঙ্খারোর লাইশোন্দি

হে গুরো কংলৈ ও লম্মহন, লমনেম্বী অনী থোক ও,
তুনেম্বী অহুম থোক ও। লৈথাবী লৈয়াবী কবো মুকোদো
লনওনবীনা নিংথি শেল্লোই মপুঙয়াইদগী সনা খাওনীংলুংদা
পুরকপা কোন, মালেম লৈসনা অঙাংবনা মালেম লৈগা
তাইগে, কোরৌ নোংলু অপানববু কোরৌ নোংগা তাইগে।
ইবুঙো কোন্দি কোল্লু সনা নীংথিবনে। ইবেম্মা কোন্দি
কোল্লাংচান্নে। কোনওক য়াইওকপিও লাইনিংথৌ।

শরেন শা থোংহুনা চাক্কা লোয়নননা লাইদ কংলি।
কংপা মতমদা লাইশোন শোন্দুনা শারক থিংই।

লাইদা কংলবা মতুংদা চাক য়েনশাংচু মশা মশাগী
লৌখংলুবা পুখম তেংগোংতা হাপুনা কয়াইবশিংগা লোয়ননা
থুনগী নিংগা পুন্নমক লাইকোন্দা চাগনি। মসিদ অয়ুক্কী
থৌরম লোইগনি।

## নুংথিনগী থৌরম

কয়াইবা—কয়াইবীশিং লাইকোন্দা কানয়রুনা কমকমলাংদ
কয়ে। মাইবা মাইবী পেনা খোংবনা লাইগী মথৌ পাও-
থোক্তুনা মুমিং মাপম্মি তরানিরোম হয়াওনৈ। হয়াওরিত্তৈ
মমুংদা লাই লম থোকই। লাইরোই মুমিত্তা হান্নগী কৌফমদা
লাই অমুক থিন্দোক্লগা লোইশিল্লি।

## লাই থিনবগী ঈশৈ

হি থিবা, হিথিবা
হি ঐন্দ্র লান্নীংএ
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানখিসন্নুদ।
হিকুম্ব হিকাব
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানখিসন্নুদ।

লাই হরাওবা লোইপ্রবা মতুংদা "লাই তানবা" গী থৌরম অমা মুমিদাংদা পাঙথোকই। মসিগী মরমদি লাই হরাওব্রিঙৈ মতুংদা তিনমু লাইমুনচিংবা কত্তবা লাইশিং লান্নম্বহ খূন্দগী তানথোকখিবনি। নিপাশিংনা খুৎচাবা চৈ অমমম পায়হনা মমাঙগী পম্বোঙদা চৎলগা য়েন অমা ঈন্নাংলি। ঈন্নাংপা লোইরগা পম্বোঙ অহুদগী পায়ন্নিবা চৈ অহুনা উ বাদা ফুহনা লাও খোংলগা লাই তাল্লকই। লাই তাল্লকপা মতমদা ইমুং খুদিংমক থোঙ লোনশিল্লি। লাই তাল্লিবা মীশিংনা তিনমু লাইমু কত্তবা তাল্লে তাল্লে লাওহনা মাঙোল দান্নি কন্নাংদা চৈতুপশিংহনা ফুই। ইমুংদা লৈন্নিবা মুপী অঙাংশিংনসু তাল্লো তাল্লো লাওরকই। অসুম্না লাও খোংহনা খুনগী অরোইবা পম্বোঙফাওবা তাল্লি।

## লাই চাক্লোং কৎপা

খুনগী লেপপ্রবা অফবা মুমিত্তা চাক্লোং কৎকনি। মুমিং অসিদা খুন পুম্নমক য়ুম মুমদা অয়ুকী চাক চানরগা লাইশঙদা কানরক্কনি। অয়ুক্কগী লাই শেম্নবশিংদি লাইথোঙ হাঙহনা লৈগনি। হৈরক্তি অয়ুক্তগী কাবা য়াম্লে। শন্নেনগী ওক্তি খুম্না পুথোকই, য়েন্দি পাখংশিংনা পুথোক্লম্মী। হৈরুক কাবা

মপুঙ ফারবদা মাইবনা লাইদা কৎতুনা থুক্লমজগনি। মসিগী মতুংদগী মাইবীনা লাইবাও চেনগনি। লাইবাও চেনবা লোই-রগা লাইমাঙদা শয়েন কৎকনি। শয়েন কৎলমদাইদা মাইবনা লাই থুক্লমগনি। লাইমাঙদা ওক্লাকচৈনা ওক্ত লোংনা চপতুনা হাৎকনি। য়েন্দি নিগা অমনা মঙক চেকতুনা হাৎকনি। শিরবা মতুংদ' ওক য়েন 'অনীগী মমৈহু মৈ খর খর চুগনি। ওক্তগী শতুম "মপৈ" লৌথোক্কনি। লৌথাক্লিবা মপৈহু মাইবনা খুদম চাংদম য়েংগনি।

মনা অনী, মনাতোন, মঙক্তী মতোং, নপকাং, (হুমদাংশরু) শনীং, (কোংলো) খু মমৈ, মথোঙ মরি, মহোপ, (ঈশিংদা তাউবগী শরুক) মপৈ, মমুংকন (কলেজা) অসি লৌথুনা লাইগী তোঙায়া থোংগনি, খাবৈ থাবা য়াদে। চবানকুমু খাবৈ থাবা য়াদে। থোংবদা থুম নত্তনা অতৈ থাকপা য়াদে।

য়েনগী

মকোক, মরেং, মশা, মথিৎ, মমুংগন, মফৈ, মথোঙ খুদোন অসিনা লাইগী তোঙান থোংগমি, থুম খক্তা থাকনি, খাবৈ থাবা য়াদে। থোংবা লোইহুনা লাইদা কংলবা মতুংদা য়েনশাংদি যূমদা পুহনা চৎনৈ। লাইবুংদা চাবমু য়াওই কাথা খুনগী নোংপোক পাম্মোইবী অনীগী লাইবুং লাইমাঙদা মুপীশিংদি চাক চাবা য়াদে।

কাথা খুনগী মহৌশাদগী শক্লরকপা ঈশৈশিং

চীংমুংগী পামকা নাকুপ্পী,
চীংমুংগী পামকা নাকুপ্পী।
পোম্লাংনা পোনচেপ লোনবতম,

আঃ নীকলেংবগুম লেংবীয়ু,
ওঃ লৈরেংবগুম লেংবীয়ু,
ওঃ লেংবীয়ু দে। ——

চীংদ শাংপা ইঙেল্লৈ
চীংদ শাংপা ইঙেল্লৈ
লৈরাংও চিন্দনা কেনখিবা
আঃ কল্লকই আঃ কল্লকই দে।
ঐনা কেম্নীং কেনবরা,
মালংবনা খোঙ্গাও কনবনা,
আঃ লৈরাংদ লৈখোক লোইবগী,
আঃ — কেনবনি আঃ — কেনবনি দে।

পাংগোংলৈ চিনবী লোইয়ুম্বী
পাংগোংলৈ চিনবী লোইয়ুম্বী
ঐগীনবু কাদ শাত্তনা
হো-ঐগীনা কাদ শাত্তনা
মীগীনা কাদ শাংখিবী
হো-মীগীনবু কাদ শাংখিবী
হো-কল্লকই, হো-কল্লকই দে।

## মাইবৌ পাম্বৌদা শৈথাবা

মতাংত্তবু —

অমুদোন মুংশি, য়েংলে-য়েংলে হায়রগনে-নে।
ইবুঙোনা অমুদোন মুংশি উপোপনা লোইরোই কাবা লৈনিদো-ও
শীংঙেন্ন অমুদোন মুংশি মনা তাবা য়েংলগা

পাখংগীনা অমুদোন সুংশি তাউব হুইরৈ মানবা লৈনিকো
শীংঙেম্ন লৈরাং মানা পোমবোমজকপদদি
নিঙোনগী অমুদোন সুংশি ক্যাংলিকফাং
ক্যাংলিকফাং মানবা লৈনিনে।
শীংঙেম্ন লৈরাং মানা ফুগাইননমক্তা শাৎপদা
পাখংগীনা সুংশি নাকোং চক্র মানবদা লৈমিনে
শীংঙেনও মাগী কোলোয় মম্নিংদি
কৃতি নবা মখোয়রেনবী-হৈঃ
ময়ুম শেনবী কবোনা মুক্তো হায়না ভেংথানখিরে ইমাখোয়।
মনিপুর শেনবী পুণ্ডময়োম্না পৌনা ফৈয়ে হাম্নবগী
ইমাগী মাইপৌমানবী পৌনদি ফবা ইনেম্মচা।

করোংচীং কম্নাংথেনগী চীংয়াংদ
ইমুংগীদ লাংনা মম্নী থৎলগ
ইমুংগী লাংনা পাদম্বদি
অপাম কাদ য়োৎগেরা
সুংশি কাদ থুংগেরা-হায়রদনা
লাংনা মাবু পাদম্বদি
লাংনা মাবু পাশোয়রে।
(লাংনানা পাদম্বদা চানবা মতাং খোল্লগা "পাচুরে" শিজিরৈ)

কাংহোই চীংয়া কারুসে
তুংখোই ময়োন শংলুসে
মামিংনা শংখু কৌবাঁদো-মৌকলুসি।
মৌ কনবা চৎপদা শরুরম্বা ঈশৈনি। তুংখোই:— থাঙতুপ
ময়োন মমুংদা ঈশিং হাপ্লগা থরুবনি। য়ুগুম্না ময়াক লৈ।

লৌঙাকপা মতমদা শক্তরম্বা ঈশৈ

যোয়ময়াইগী, আঃ – অঙালগী তাংলৌম্ন,
যোয়ময়াইনা লৈনা তাগে হায়রক্লে।
লৌকা মতম ফংলে-এ-কারসিদা।
শাবীগীনা-আঃ-ইপন থংলেনগী মাগ্র
নহাক্কি কাবিরমলোনে।

থংলেনগী মাগ্র নংবু,
যোয়ময়াই নোংদমগী ননেম্মচা ঐহাক্কি।
পলেমও পোক্তবীনা নাওয়োকপনা;
শাত্তবা পম্বৌনা লাঙ্গোনবা মরম্না।
লৌকা থেঙলবম্ন, থেঙলেনা কৌবা মহায়;
লৌকা ঙলবম্ন, ঙল্লেনা কৌবা মহায়;
কাবিরম-লো নহাকপু।

যোয়ময়াইগী অঙাল তাংলৌ থেঙলে, হায়ব মতমদুদা;
মৈরা মৈবুন চাওনা পায়রগা,
মুরাবু লমওক্লম্মো পাম্মুবা।

লম্বী নাক্ত লৌউ বা।
আঃ … তেরাখাদবু চেকঙাকপা
শাবীগী অমুদোন-মুংশি থংলেনগী ইমান মচা নংবু
নংনা ঙাকপা চেক্তুদি-ই-ই …।
চেক্লা-গীনা-আঃ-কন্নি কোলোয় কৌবনোনে-এ।

ঐনা ঙাকপা চেকতুদি, মচীম্না কোনঙৌ তুম্মনে,

মনম্মা ফিমু ইনবদ চেক্লে-এ।

লৌচিনা খুদিং য়াৱেকপী,
উমংনা খুদিং চাক্তাবী,
চেক্লাগী, মাগীই কোম্লোয়দি-ই,
চেক্লাগী উৱিৎ লোনয়াগীনে, নংবু।

## লৌখাওবদা শক্লবা ঈশৈ

খোংজোমনুবী য়ুংলক্লে।
তাংখোম্বনা লৈকাই কোয়খিবদু, হল্লক্তরে দে।
তাংখোম্বনা ইতোম কোয়দেদ,
কোয়ৌগীনবু খোংজোমনুবীগা কোয়বনি।
মেঞ্জ মেনৌও।
আঃ মেঞ্জ খোইরোই, খোইরোই চীংদ হৌব।
ইবুঙোনা অমুদোন মুংশি চংবী লারাক চোংদাগ,
চংবী লারাক থৎলগ। উং।
আঃ - অপামগীনা অমুদোন মুং।শ কাদ য়োগে এ,
হায়রদনা উং।
মুংশিনবু কাদ থুংগে হায়রদনা।
চংবা লারাক থৎলগা-উং।
শীংঙেম্ম অমুদোন মুংশি, লৈরাং মাবু থয়োম লাকপদি,
একাদশী মুমিৎ খোকউরমানে-নেঃ
লৈরাং মানা হিগায় বাহুম ওইরে।

ইতাদ হাওসি নামোইনু,
ইতাদ হাওসি নামোইনু,

হাওজম চহু কত্তবীনা,
লবাইরেন মোংব কোইরেনথক্তা,
মোংব চৈবীরে।

শজিবুগীদনবু-ইমানও।
মুংশি লাকয়েন তাইরক্লেনে, ইমাখোয়।
ইবুঙোন অমুদোন মুংশি কোংব লমথোঙ কাংলক্লে।
তলাগীনা, মুংশি শিশিন্নবশিংহুনা,
তলাগী য়েম্নীং হুল্লক্লেনে।
পামেলগী নাশিন্নবশিংহুনা,
পামেলগী নাপুং কাবক্লেদো-ঙঃ-ঙঃ।

মপারি মুংশি কায়নখিবশিংহুনা,
মালেম লৈদ ওল্লহুনা, হিক্কা হিক্কা কপ্লক্লেদো-ওও।
মপারি কায়নবশিংহুনা, মথংলেন মুংশি কায়নবশিংহুনা,
ইপারিগী করি শেংসি হায়রদনা
ইমোমগী করি থোনসিগে হায়রদনা
মথংলেন মমান অনিহুবু, চিক্ক চিক্ক বাতানরকলেদো।

শজিবুগী লাকয়েন তাইরকপা মতমহুদা,
আঃ মপারি কায়নখিবশিংহু, মথংলেন শেংনখিবশিংহু,
মালেম লৈদা ওল্লহুনা,
হিক্ক হিক্ক এঃ কপ্লকলেদো,
শাবী থংলেন মাক্ক নংহুদি।

লাই কৌবদা ইমা-ঈবেনশিংনা শকপা ঈশৈ

হিথিবা, হিথিবা হিরাম্নরোদা
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব হিরাম্নরোদ
হিকুম্ব হিকাব হিরাম্নরোদ
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব হিরাম্নরোদ।

লাইরোই নুমিৎকী লাই খিনবগী ঈশৈ

হি থিবা, হিথিবা।
হি ঐস্নু লাম্নীংয়ে,
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানখিসম্নদ।
হি কুম, হিকাব,
লাইয়িংথৌ নোংপোক মহাব লানখিসম্নদ।

ওজাদ পেনা খোংবখোই,
ওজাদ পেনা খোংবখোই।
নচম্ন জগোই শাবদি,
জগোইগী খোঙলৈ চানব,
খোংবীয়ু আ খোংবীয়ু দে

চীংখৈ নহা লৈথাব।
নোংপোক নহা লৈহেকপা
চীংঙু খাদ কৎলুসি।
খোইয়ুম খাদা কৎলুসি।
তোম্বা লিক্লাই লৈরেংব।
খোইনৌ পেম্ম লৈশেম্বী।
চীংঙু খাদ কৎলুসি।
খোইয়ুম খাদ কৎলুসি।

ঈশৈ অসি কাথাগী নোংমগী লাই হরাওবা লোইশিল্লকপা খুদিংগী লাইমাওদা পেনা জগোই শাহনা মুগী অনি অহুমনা শকই।

ইপনখোই লাল্লোই ফম্নাইব।
ইপনখোই লাল্লোই ফম্নাইব।
ফরাংজিনা ফিকোই থক্তুদা।
অঙম্বনা লেংনা ফমফম্ব।
আঃ ফজরে, আঃ নিংথিরে-দে।

অহল লমনশিংগী বারী মতুংইন্না কাথা খুনগী য়ুমশিং অমম্তুং মীশাং (মশাং) ইহেন হেনগৎতে হায়নৈ। ইং ১৯৮৮ দদি য়ুমশাং অসি কুন্থ্যাদি শুরে। য়ুমশা মওংদি মৈতৈ য়ুমশা কা অহুমদা অয়াম্বা শানৈ। হৌজিক্তি মানা মানা শানিংবা মওংদা অয়াম্বা শানরক্লে। য়ুম পরেং অনিথোক্না তাই। পরেং অমনা নোংচুপ্তা শাই, মমাই নোংপোক ওল্লি, পরেং অমনা নোংপোক্তা শাই, মমাই মথা ওল্লি। য়ুমশিং অসিগী দারি অয়াম্বনা রাংনৈ, ময়মদি শল, ওক কাবা চঙবা ঙমদনবা।

নোংচুপ পরেংদা তাবা য়ুম পুবা পুবীশিংগী মমিং

(১) নিংথৌজম খম্বী (মুগী), (২) ইবোহল, (৩) নিংথৌজম নাকল, (৪) ক্ষেত্রিময়ুম তোলমু, (৫) নিংথৌজম ওংবী কাংজুবী (ইবেতোন), (৬) নিংথৌজম ভুবনসিং, (৭) তখেল্লম্বম ওমরসিং, (৮) তখেল্লম্বম গোপাল, (৯) ক্ষেত্রিময়ুম কেরানি, (১০) ক্ষেত্রিময়ুম থমজাও, (১১) ক্ষেত্রিময়ুম য়াঙম্বা, (১২) লাইশ্রম মুঙথোও (১৩) তখেল্লম্বম যাত্রাসিং,

(১৪) লাইশ্রম থিয়াবা, (১৫) লাইশ্রম তোমচা (১৬) লাইশ্রম ওংবী গুলাপলৈ, (১৭) নিংথৌজম কমলসিং।

## নোংপোক থংবা পরেং

(১) লাইশ্রম মুহিস্র, (২) শোরোকখাইবম ওংবী বিজালি (৩) তখেল্লম্বম অতরসিং, (৪) তখেল্লম্বম ইবোবী, (৫) ক্ষেত্রিমযুম য়াইমা, (৬) ক্ষেত্রিমযুম ইতৈবি, (৭) লাইশ্রম অরেং, (৮) শোরোকখাইবম চারৌ (খুল্লাকপা) (৯) অঙোম অমু, (১০) অঙোম বুদ্ধি, (১১) অঙোম মঙ্গি, (১২) নিংথৌজম শঙ্গাইজাও।

কাথা খুনগী মীশীংদি নিপানা চাম্মা তরা, মুপীনা মরিফু-তরানি। ইংশোক ১৯৫৯ দা কাথাদা এল: পি: স্কুল অমা লিংখৎখি। ছাত্র নিফু তম্মী, স্কুল অসি গোভর্ণমেন্টকীনি। ইংশোক ১৯৮৮ দা গোভর্ণমেন্টনা লৌশিন্ব্রিবা জুনিয়ার স্কুল অমা লিংখৎখি। চহি অদুগী ওইনা ক্লাস থি, নিপা মঙা, মুপী অহুম, ক্লাস ফোর নিপা অহুম, মুপী অহুম, ক্লাস ফাইভ, ক্লাস সিক্সতদি ছাত্র-ছাত্রি অমত্তা লৈখিদে।

ইংশোক ১৯৮৯ দা ক্লাস থি, ছাত্র তরেৎ, ছাত্রি মঙা, ক্লাস ফোর ছাত্র অহুম, ছাত্রি মরি, ক্লাস ফাইভ ছাত্র অহুম, ছাত্রি অহুম, ক্লাস সিক্সতদি ছাত্র-ছাত্রি অমত্তা লৈখিদে। স্কুল অসিদা কাথাদগী ওজা মরি, অতোপ্পা লমদগী ওজা অমা, পুম্না ওজা মঙা লৈ।

## হৌজিক হৌজিক পাস তৌরবা ক্লাসশিংদি

পি: ইউ: অহুম, মেত্রিক তরেৎ, ক্লাস আইট নিপাল, নি। অহানবা খুন অসিগী মেত্রিক পাস তৌবদি ইংশোক

১৯৮৪-৮৫ দনি। কাথাগী মীশীংগী মমুংদা ওক্সা ওইবা নত্তনা সরকারগী থবক তৌবা অমত্তা লৈতরি, মফমসিদা সরকারগী লোয়শঙ্গু লৈতে। কাথা হায়বা মৈতৈ কাঙলুপসিগী মপীনা অতোপ্পা থুন্দা ময়ুম পানখিবা মশীং ১° গুরে। অদুগা অতোপ্পা খুন্দগী লৌরকপনা অমত্তা ডাইরি। ইংশোক ১৯৮৫ গী ইলেক্সন্দা ভোটর মশীং ১১৫ গুরে। অহুবু মোরে টাউনগী ইলেক্সন্দা কাথা খুন য়াওদে।

মথক্তসু পঞ্চায়েৎ মহুদি টৌটি পুশিল্লিবৈগী মমাঙদা য়াম্না মরুওইবা ঈশিংখোং অনি লৈরম্মী। চেক চনবা ঈশিংখোং অহুনা উ থগ্নল হৌবী ঈশিংখোং হায়না খঙৈ। চেক চন্দবা ঈশিংখোংনা লোকচাও ঈশিংখোং হায়না খঙৈ। অহুবু হৌজিক্তি খুল্লক্তা টৌটি ঈশিং পুশিল্লে।

কাথাগী য়ুম অমগী ওইনা ফো কারকপসি তিন ১৫০/২০০ ফাওবা কারকই। পানা মনাগী পোথোক্তি য়ুম অমগী ওইনা চহি অমদা লুপা ৫০০ দগী ২০০০ ফাওবা ফংই। মথোয়গী মরুওইবা করবার তৌকমদি মোরে অমস্তুং ককচিংনি।

- লোইরবা -